# মী শুম্বা কোম্ল

নোংথোম্বম শ্রীবীরেন



পি এস, পব্লিকেসন্স, মণিপুর
সগোলবন্দ মোইবা, লৈকাই
ইম্ফাল - ৭৯৫০০১

**MEE SUMNABA KOLLU**

*a Collection of Manipuri short Stories*

*by* **SriBiren Imphal 1995**








অহানবা কোঙবা : ১৯৯৫



কোঙবা পি, এস, পব্লিকেসন্স, মণিপুরগী দমক
পি, সরত খুমন, সগোলবন্দ মৈনো লৈরক,
ইম্ফালনা কোঙবা।

নম্বা পি, এস, প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরি,
সগোলবন্দ মোইরাং লৈরক,
ইম্ফাল — ৭৯৫০০১

মখুম নম্বা লিঙপিকা

মখুম য়েকপা : রাজকুমার জয়

মমল : লুপা ৫০/-

M

চিরোম্নি

থনখিগদ্রা কিজবনি য়াম্না,
নত্তি নত্তে চিরোন্দি
য়াম্না মু'শিজবগী তৌজবনি।
কত্তবদি ওমত্রে,
ঐবু তাকপি তম্বীরকপা
ঐগী মু শিজরবা ওঝা
এলাংবেম নীলকান্তগী মফমদা
থম্মোই শে না কচ্চম্নি।

# অহৈবগী ৱা খৱা

ৱারীমচা তরেৎখক্তনি লাইরিকসিদা যাওরিবসি ওস্থোক্লা যামখিদ্রে।

ৱাবীমচা কন্না ইবা মতম অমা ঐগী লৈরম্মী, লীলাদা ঙাওবা মতমসু লৈখি শৈরেংগীদি মতম পূম্নমক্কীনি লৎপা লৈতনা লিরি লিরি। আকাশবাণী, গৌহাটিদা হ্নমিদাং পূং ৭-৩০ দা পৃ খায় অমবা পূং অমরা মণিপুবী প্রোগ্রাম লৈরিঙৈদা ঐনা ইবা ৱাবীমচা অমা অনী পাথোকখি, মতমত্তু খৃষ্টকুম ১৯৬০ তুৱাইদনি ঐ হায়স্কুল তমলি। ৱারীমচাতুগী মমি না "য়াওশঙ মৈথাবা" অমসুং "সন্ধ্যা কৌই। ৱাবীমচা অনীমক্কী খুৎইতুদি থিবা ফংদ্রে। ৱারীমচা কন্না ইবিঙৈ মতমত্তুদা ইখিবা ঙাক্তনি লাইরিকমচাসিদা য়াওবিবসি। করিদগী, মতৌ কবন্না ৱারীমচা ইবা লেপখিবগে খঙহৌদে ৱারীমচা ইবা লেপখি ঐ। মতম খৱা লীলাদা পূমলুপ লুপখি। হৌজিক্তি ৱাবী মচাসু ইদ্রে, লীলাসু তোকপ্রে। ইনীংবদি হৌজিকসু লৈ, ইবা ঙমদবগী ৱাতনি। বিয়েলিষ্টিক ওইনা ইবসু পাম্নক্তবা অতুগা বিযেলিষ্টিক ওইদনা ইবসু ঙমদবা মসিনি ঐগী অশোনবা। অতুমকপু ৱারীমচা তরেৎ-থক অসিতনা লাইরিক অমা ওইবদা পীকমনবসিদা খরগা ইরগা হাপচিনগে খল্লুই ইনীংবা থিমসু অনীঅহুম লৈরবনি,

ৱারীপোলা৲ ফাওবা শাগৎতুনা লোইরবনি। নম্বদি হৌজিনগ্রে, ইবদি ঙমহৌদ্র ঙসি হুয়েং হায়ধুনা অছুম ইখিদ্রে। হকচাংগী ফিভমস্ মবম অমনি— খুং-নীকপা, হকচাং শোনবা বুইনা ইবা ঙমদবা, হকচাং ঙমদবসিনা রাখল চুম্না খনবা ঙমলোইদ্রা কিজবা, মতম চঙবা অমত্তু ইবা ঙমখিদ্রে, শৈবে মচামগু খরা ইবা নত্তনা। মসিনি ঐগী অৱাবা। অসুম্না লাইরিক অসি পীশক পীকপা তাখি। মসিগীদমক থৱায় য়াম্না নুংঙাইতে।

য়াওবিবা ৱাবীমচাশি অসি ইখিবা শোক তারিখ চপচাবদি কাউদ্রে। আকাশবাণী, ইম্ফালদা পাথোকপ্রবা অমদি সাহিত্যগী চেংফাও খরদা চোইনা চোইনা ফোঙপ্রবা ঙাক্তনি। অসুম্না ফোঙ-প্রবস্ চোইনা চোইনা তাদুনা লৈবদু নুংঙাইতদুনা মশী৲ যামজন্রবস্ লাইরিক ওইনা পুনশিন্দুনা ছাপা নম্লগা ফোঙলবদি নুংঙাইগ্রনিদা খল্লিংদা নোংমা ইবুংঙো সরতনা ফোঙলগে হায়রখি। ঐ নুংঙাইখি। খুংই লাইবিক্ত পুথোক্তনা মাঙোন্দা পীদুনা মানা হরাও হরাও পুখি। ৱাবীমচা খবসি লাইরিক ওইনা ছাপা নমদুনা ফোঙবিবগীদমক ইবুংঙো সরতকী লমন ঐঙোন্দা তোনশিঞ্জরবনি। 'অতোপ্পা পুন্সি কৌবা ৱারীমচাসিদা য়াওরিবা ঈশৈ মযেকশিং৲ অসি ডি, এম, কোলেজ ওফ আর্টস এণ্ড কমর্স, ইম্ফালদা ঐগা ওজা ওহম্মিন্নবা মণিপুরী বিভাগকী ওজা শ্রী কে, মংলেমচন্দ্র শর্মনা অরাল অছুই চুমথোকপিবনি, মসিগী লমন তোঞ্জরে। ৱারীমচাশিং অসি চোইনা চোইনা ফোঙবিখিবা সাহিত্যগী চেকোঙশিংগী চপচাবা মমিং, চহী মশী৲নচি বদি নীংশিংবা

M

তমজাদ্রে, অহুনা মশক মমিং পদ্রগসু রাফমসিগা মরী লৈনবা সাহিত্যগী চেফোংশি বু অমসু, আকাশবাণী ইম্ফালবুসু থাগৎচরি অমসু তৌবিমল খঙবা ফোঙদোকচবি। লাইরিক অসিগী মখুমগী লাই যেকপিবগীদমক শ্রীরাজকুমার জযবুসু থাগৎচরি।

ইম্ফাল, ১৯৯৫

শ্রীবীরেন

## অইবগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং

| | |
|---|---|
| লৈচিল্লকী থাজ | ( ৱাবীমচা ১৯৬৭ ) |
| তোল্লবা শাতুগী ৱাখল | ( শৈরেং, ১৯৭০ ) |
| হল্লকপা | ( লীলামচা, ১৯৭৩ ) |
| মসিনা ইম্ফালগী ৱারীনি | ( শৈরেং, ১৯৭৮ ) |
| মপাল নাইদবসিদা ঐ | ( শৈরেং, ১৯৮৯ ) |
| মী শুম্নবা কোল্লু | ( ৱারীমচা, ১৯৯৫ ) |

## মী শুম্নবা কোল্লু ফংফম

১। পি, এস, পব্লিকেসন্স, মণিপুর
সগোলবন্দ মোইরাং লৈরক
ইম্ফাল - ৭৯৫০০১

২। অইবগী য়ুম
উরিপোক অচোম লৈকাই
ইম্ফাল—৭৯৫০০১

N

# পব্লিকেসন্সদগী

পি, এস পব্লিকেসন্স মণিপুর পব্লিসর মরাঙ কায়না লৈত্রিবা ইরমদমসিগী অইবসি মরুওইনা, ইরুরগা মসাগী খুৎই লাইরিক অহু কোঙজবা ঙমদবদগী নীঙহন্নররবা অইবা কয়াবু পুক্নিং থৌগৎচবগা লোয়ননা অফবা লাইরিক কয়া পুথোকচহনা মতম মতমগী ওইনা মীয়ামদা সিন্নজবা অমদি মণিপুরী সাহিত্যগী অঙম্বা সেবা তৌজবনি। পান্দমসিগী মথাদা সোক ১৯৮৬ তগী হৌনা লমসিদা খোঙ থ জিল্পবকপনি।

পব্লিকেসন্সসিগী অতোপ্পা পান্দমসিংগী মনুংদা অমনা চহী খুদিংগী ওইনা পব্লিকেসন্সসিনা লাইরিক কয়া লৈখিত্রবা পুঞ্চম ⁄জয়চন্দ্র সিংহগী মীংদা লম্নাই সংস্থান কয়াদা মমল লৌদনা খুদোল তমজবনি। পান্দমসিমসু সোক ১৯৮৬ তগী লেপ্লুনা চথরক্নি।

হন্দক পুথোকচরিবা শ্রীবীরেনগী রাবীমচা ৭ কী পুনশিলবা লাইবিক "মী শুম্নবা কোল্লু" পব্লিকেসন্সসিগী ১৫শুবা লাইবিকসিমসু লমদমসিগী অপাবসিংগী খুদো চানবগীদমক পব্লিকেসন্স অসিনা শাষ্ট পুম্নমকী মফমদা খুদোল তমজরি। লাইরিক অসি ফোঙনবগীদমক অযাবা পীবিরকখিবা ওজা শ্রীবীরেনবুসু পব্লিকেসন্স সিনা তৌবীমল খঙবা উৎচবগা লোইননা থাগৎপা ফোঙদোকচরি।

লাইবিকসিবু মতম চানা পুথোক্লবগীদমক নম্লবগী থৌদাং য়াবিথিবী পি. এস প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরীগী মেনেজর মাইবম মতৌলৈবী ( দেবলা ) চন্নু অমসু সিন্মী খুদিমক্কী মফমদা পব্লিকেসন্সসিনা থাগৎপা ফোঙদোকচরি। লোয়ননা লাইরিকসি ফোঙনবগীদমক শেলগী তেঙবা পীবীরকখিবা ইড়ুকেসন ডিপার্ট-মেণ্ট ( এস ) গভর্নমেণ্ট ওফ মণিপুরবু পব্লিকেসন্স অসিনা তৌবীমল খঙবা উৎচবি।

পব্লিকেসন্সসিগী ফোঙঋবা লাইবিকসিং অমসুং মরী লৈনবা হীবমসি দা অথঙ অহৈশি না তাকপীরকপা রাফম খুদিংমকপুসু হল্লাউ তয়াম্মা লৌজগনি।

মরী লৈনবা পুম্নমকপু অমুক্কা হল্লা থাগৎচরি।

পি এস. পব্লিকেসন্স
মণিপুর।

N

# পি, এস, পব্লিকেসন্স মণিপুবনা ফোঙথ্রবা লাইরিকশিং

১। শৈরাংজরে শৈরে সে (শৈরেং) ১৯৮৬

অইবা— সরত খুমন

২। ফৈন চিংশিল্লক্লিব লৈই (শৈরেং) ১৯৮৮

অইবা— লনচেনবা মীতৈ

৩। শো চবুন (শৈরেং) ১৯৮৯

অইবা—শরতচান্দ থীয়াম

৪। ত্রানসিষ্টর রিসিভব ১৯৮৯

(বেডিও সেম্বা অমসুং সানবগী তাকপা লাইরিক)

অইবা— চনম্বম প্রকাসচন্দ্র সিংহ

৫। কালোভ্রমর ১-২ (অনীশুব খুৎনম) ১৯৯০

অইবা— ডা ৺নিহারবঞ্জন গুপ্ত

হন্দোকপা— রাজেন চোংথাম

৬। অনৌবা শৈরেং (শৈরেং) ১৯৯০

(মণিপুর সবকারনা লেপখিবা মীতৈ মযেক ২৭ তা খোমজিল্লগা ফোঙবা অহানবা শৈবেং লাইবিক)

অরেংবা— লনচেনব মীতৈ

৭। ঈযেক খঙনবা লাইরিক (মপী লাইবিক) ১৯৯০

অইবা— সরত খুমন

৮। মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাংলে (শৈবেং) ১৯৯১

হেড ত্রিক ফঙথ্রবা লাইরিক (অনীশুবা খুৎনম)

অইবা— লাইশ্রম সমরেন্দ্র

৯। নোংঙাল্লকপদা মৈরী ( ঈযেক্কী শৈরেং ) ১৯৯১
অইবা— লুয়াংথোই অরাম্বম

১ । ডা কমল নৈনবা ৱারেং ( অনীশুবা খুংনম ) ১৯৯২
সম্পাদম— লৈমপোকপম দামোদর সিংহ

১১। কীস্থরক্রবদা ( ৱাবীমচা ) ১৯৯৩
( শক্লাযরবা অইবা কয়াগী ৱারীমচাসিং খোমজিল্লগা মীতৈ ময়েক ২৭ ফোঙবা অহানবা লাইবিক )

১২। নরসিংহ ( ড্রামা ) (অনীশুবা খুংনম) ১৯৯৪
অইবা— এম ৺বীরমঙ্গল সি হ

১৩। ফাদোক অমগী শৈরেং ( শৈরেং ) ১৯৯৫
অইবা— বীরেন্দ্রজিৎ নাওবেম

১৪। কালোভ্রমর ( ৩শুব শরুক ) ১৯৯৫

১৫। মী শুম্নবা কোল্লু ( ৱারীমচা ) ১৯৯৫
অইবা— শ্রীবীরেন

১৬। কালোভ্রমর ( ৪শুবা শরুক ) ১৯৯৫
অইবা— ডা ৺নিহাররঞ্জন গুপ্ত
হন্দোকপা— রাজেন চোংথাম

N

# মী শুম্নবা কোম্ন

ফজবু তান চারে মা থেংনবা। শৈশা রাওরিউৎসিদা পীতুম পীথাক্লম্নগে, কনাইকৈকা খোল্লবা লাক্লনি। ঙহাল নোংমা ইমান্নবা ময়াম চংমিন্নরিঙৈদা ঐবু কৌথোক্লগা লুপা তরাথক্তা পিয়ু হায়খি। তাঙ্গানা চাত্রিবতু হুমিংতো মাঙোন্দা পৈশা পীবা ঙমখিদে। থবাব য়াম্না হুংঙাইখিদে। মাগীহ্নু বর ম চিনবা থবকীনো, হেক পীখি-দেদা। অতুগা মতুম্না ইকোম কোম্না, ইকোই কোইদবমখৈ পৈশা পীয়ু হেক্তা হাযবা য়াবা ময়িমকতু নত্তে মাগা ঐগা লৈনরিবসি। অতুগীস্‌ মথক্তা মহাক য়াম্না নহা ওইরিবীনি, চহী ২০/২১ মুক্তা মঙায়রমখিনি। মাগীসি তঙাইফদবা থবকীদমক ইকাই হঙোই পুম্নমক থাদোক্লগা তঙাইফদনা হাযরক্লিবা ওইরম্বা তাইঃ হেক পীখিদেদা। অসুম্না নি কোক নিংকোক লাউনা লৈতুনা হুমিং নিনি হুমনিদি ঐবু ওংলম্মী।

"তোম্বী, কনাক্তা চংকদৌরিবনো, চা থকউখিসিদনা" — ঐনা হায়রম্মী।

"থবক অমা চংলুগে তৌবনি, য়াই থকট্টসি"

— চংপা ইরেপ লেপ্তুনা মানা খুমকই। খুইরবন্দ কৈথেল মীনা ভু ভুং তিনলম্মী। রিক্সা, একাগাড়ী, বস, কার অমতর খুরক হাঙদনা চেনলি, লমজাও সরক থবক চিনলম্মী য়ামা। মমকে

অসিদা পুন্সিগী ঈচেলনা চেন্থরি। ঐনা সাইকল ইল্লহুনা তোম্বীগী নাকন্দা চংলি।

মাগী চহী লেঙ্গাসিদি কনাগুম্বদি ঙরাংদগী অঙাংগুম নাউথী শারি, লাইরিক তম্বা [illegible]পদা চাক্লা [illegible]নবা চাক থাক্লমদবগী মখোঙ থীন্দুনা ক্রিং ক্রিং চোংহুনা মমা মপাদা নিংঙাই তৌরিবনি। অঙাং মানা ইমু, মন্নু, পুনবি। মমাহু কুম লাযনা ওইনা নাহুনা লৈরে, হৈগোংগং কাংখৎপা ঙমদনা। মমা মচানগী হেক্লা হুন্না যেংবদা কনাহু লৈরে মন্নি নত্তনা।

ঐনা হায়ি — "তোম্বী, করম করম তৌরি? ইমাদি খন্না [illegible]?"

"কদাইদগীনোদা তাম্মা, মহৈশাদি খরা খরবু ইত্তেং পাংবীরক্পী হৌজিক্তি মহুসু ঙমখিদ্রে। মাগী হিদাকপু লৈগত্রা, নোংমগী চাকীরু হোংবগত্রা কোক-মৈ ফেং ফেং হাইবজাংবনি। ইকাই ইকিগা [illegible]দোক্লবনি।" — মানা হায়বকই।

মাগী বাতাসিনা ঐগী থম্মোয়নু্দা অসুম চঙশিনখিহুনা তিং পানলম্মী। ইপুক্লিংদা ইতোমতা খঙ্গে, চুম্মী ওম্হোক্লা বারন্নি-পোংনি চেঙ কিলোদা লুপা ৯/১০ পীববা কালসিদা। ঈশৈ শক্লপা নত্তনা অত্তোম্বা পৈশা থোকপা শিনকম অমা পায়বসু নত্তে। অহুগা মাগী ঈশৈসিসু লম্বা লৈতনা কখিবসু নত্তে, মাগুম্বদি মশীং নাইদনা লৈরীবনি। পোং মতাঙ অসিগা করম্না হিংলিদগে খঙদ্রে, [illegible]দা স্বর কুনবা জাংনি। মীরক থার খায়হুনা

M

"তামোদি কদাই চৎলুবগে ?" মানা হংলকই ।
ঐনা — "ক্লদা চৎলুবনি, তলব লৌবা ।"

হোটেলগী অঙাংহুনা অচাপোৎশিং পুরক্লুনা থনদী ।
ঐনা — "ইবেম্মা চা ইংপ্রনি, পায়খৎলো । চেঙ মতাঙ অসিগা
করম্মা চারি ?"

ঐগী য়াহংসিদা তোঙ্বী করি তৌবনো খঙদ, পাক হেক
খুক্তে । মা ইকাইরবা য়াই, অহুব মমাইদা মমি থোইনা
ভাবদি উদে । কুচুহু তাইফেৎ তাই, মমিৎ ইকুৎ কুৎলি —
অনাবা হৌগৎলকপা মাল্লি । চারাবু য়াম্না হেল্লবরা কৈনো ?
ঐনা — "ইবেম্মা শিঙ্গারাসি চাউ ।"

মুপী ওইবীগী হৌনশা লিরি খোইরিনা থজিক থজিকত
হুক্লুনা চাবদা লেমথোকপগী মও থোইনা উদে । চখোম চখোম
লুক হুক্লুনা চারি । য়াম্না হাউনা চারি । মানা হরাও হরাও
চাবহু ঐনা য়েংলি । ঐগী থম্মোয়মুংদা মীজুংশিনা অসুম অসুম
থনগৎলকই ।

করম হায়না পীসিগে খল্লি ঐনা । ইচম চম্না কোক হেক
পুথোক্লুনা পীরবগা মহাক্না করিগুম্বা ইকাইখিক্লুনা লৌ হায়বমুক
য়ারোইদ্রে ? ঙৈহাক্তং মুংশা থীরকই । ঐগী থবায় অসি মাগী
থবায়গী মনাক্তা অসুম অসুম চঙশিনখি ।

"ইবেম্মা, হৌজিকসিনা মী পুম্নমকসি য়ানবনিনা অমনা
অমবু য়েংনবা ঙম্বা নত্রেদো । নোংমতা লাক্লদা করম করম

M

পাল্লিবগে ফাওবা হুংলবা ওমদে ঐগী, ঐগী হোৎনবদা। বারো-
রিদপোৎনি"। ঐনা হায়।

"হৌজিক্তবু অমনা অমবু য়েংবা ওমপোৎ নত্তে, কৈদৌনা
শাউরুদগে, অহুগীদি কৈস্থ খন্দেদা।" মানা খুম্নকই।

ঐস্থ মাস্থ চা থক্লুনা হৈহাক তুমিন তুমিন্না লৈনৈ। মবক
অসিদা রা তমা খওনী, নীংশিংই। ঐনা হায়—"ঐ বা অমা
তাখি, মতুবু লৈমিন্নরিব্রা, খাইনগ্রববা? অওাং অমস্থ য়াওরবা
নত্রা?"

মাই ওাংখিবংম তৌই। পাক হেক খুম্নক্লে, যান্না
ইকাইখিবদি মান্দে। মচিনবান্দা মোমোন্দং তৌই। নোকমিখিবতু
খোইথুন্নবা মিনোক্তি নত্তে, মহী ময়াই চমগ্রবা মিনোকনি।
অতুদগী হায়রকই—"খওদেদা । লাইবক থীবা মীগী বু
অফবা অমুক ওইগদ্রা?" অস্থমা তোঙ্গীনা লাইবক্তা তাইনবিবসি
চুম্নীত্রা, লাললিত্রা হায়বগী শাংলবা লম্বীদুদা চওশিন্নুনা খস্থরুবা
শংখিদ্রে ঐ।

ঐনা খল্লি—

"ঐখোয়না মখোয়দা চংবতুদি কৈস্থ তৌবিদেদো মতমতুদা
মহাক লৈশাবী মপুং ফাবমক নত্রবস্থ চাউদি চাউরবনি। করিস্থ
অকায়বা লমহে চংপিরুদে, খনবু খল্লুদে। অতুবু মানা তিম্নরু-
রিবদি অফবা কযানি, ফত্তবা কযানিদো। মাগী ঈশৈ শকশা
কোইচং চংমিন্নবা মুপামচা অমদা চেল্লুবে হায়না তাখি। নোংমা
ইকুইবু কুইত্রি, চংমিল্লরম্বস্থ থেংনখি। মশা রাইশংলক্তুনা চেনবা

ওইরমাম্নে। নুপামচা অন্থ কয়া য়ুগোং চাদমান্নে। লাইরিক লাই শুগা তম্লিবা যিভম চাবা নাত্তে হায়না ভাখি। ময়ুম ইংখোল যাওবা লৈতবা লুপ্লাবী মচা ওইরমান্নে। শরা হায়রবদা য়ুগোং কয়া চাদজাংদ্রি। চোম্বীসু শরখিদ্রে পাংমল্লি। মসিমক হেক হায়বসু হান্দ্রিং ইনখৎলকইবা অক ফত্ত খন্থবা ৎমত্রিবা চঙ্গী মতাংনি। অদুবু হৌজিক্তি মচা পোকপা মরম্মাই তাহৌরেদো। অম্বাবদা অক্সারা হাপ্লে।'

মহাক ইকাইবমাল্লে হায়তুনা য়াফম্সিদা য়াবী মখা চাথদ্রে। ফুরিংখাউদগী পৈশা চবুল অমু লৌথাক্লুনা নুপা কুন্দং লৌথোক্লে, অদুগা হায় ঐনা— "তোম্বী, নংনা নো মা হায়বচুদি ঐহাক পৈশা য়াওদবা অশেংবনি। নঙ য় বৌবম্বা যাই ঐস্ন যাম্না মুং-ঙাইখিদে। ৎসিদি ঐগী তলব লৌরুবনি নঙগী অচিনবা চৎনৌ সিনা, সে।" নুপাম্থু পী।

মহাক য়া অমা যাওবা ঙাঙলক্তে। পৈশাদুস্ পাক লৌ-শিন্দে। টেবল মথক্তা থাত্নুনা অতুম লৈ। ঐনা অমুক্সু হায়— 'লৌশিল্লু, লৌশিল্লু।

ঙহাক লৈরগা য়া অমতা ঙাংদনা নুপাম্থু লৌশিনখি। মমাইদা অহোংবা কৈস্থ থোইনা উবা ফংলমদে।

ঐখোয় অনী ঙেহাক লৈবগা হা নযে। মাসু মাগী থবক চৎত্রে ঐস্থ অতুম লাক্লে। পুরিংদদি স্থুংঙাইং শুরা অমস্থ কাওই

মীগী মতৌং পাম্পুবগী। কোক্তা থাংগৎতুনা লৈবশ্বা অরাংবা অমা থাংখখিবগুম ইয়াং য়াংবগশ্বা অমস্তু ফাওরম্মী। অতুর্বু তলবনা যাম্বা নত্তবনিনা, ঐগী চৎনগদবা পৈশাগী হিংসাবর্তদি কায়খিদবদি নত্তে।

ফনা কুইথ্রে। ঐগী ঐগী পুন্সিদা মীগী কুইনা থল্লদে। তোম্বীগী বাখল কাউথ্রে। কাউখিবস্তু ময়েক্লা তাবনি।

নোংমা।

অবা, বি, ও, সি, দগী থরা হোন্দোররক্লগা কাব অঙৌবা অমা উখি। কাব মনীংগী ফমফমদা তোম্বী ফম্মী, নুপা অনীগা তোংমিনখি। নুপা অনীদুদি মহাগী মীনি।

শোযদি শোযদেকো। শোযদ্রে, মান্নি তোম্বীনি। শোযববোইদা, মহু তোম্বীনিদা মর্নাতৌনা তুম্বা ঙৌরুনবা মাইথোং, চাউবপ তৌবা চাইরুং। মতমহু নুংথিল পু মবি মখায থবা হেন্নবা বালনি। কাবহু চীংমৈবোং গেট লাম্বোক্তুনা অস্তম থোখি। ঐদি, পুক ফত্তবা হাযবহুরা থঙদে, ভাব ফত্ত ফত্তবা ঙাক পাংথন খনলকই। হা ঈশ্বর! নঙদি পুন্নমক খঙিনি, পুন্নমক উবিনিকো।

লৈতা লাইববা হাযবা মী গুন্নবা কোল্লংসিগী মখযাৎ মন্নুংদা চংথ্রবা মীনা খাঙগদবা কবি লৈ। ঐগী মরূপ, ইবোমচানা হাযখিবা অমা খঙনীং নীংশিংলকই। নোংমা মানা হাযখি —
"তোম্বীসি মী ফত্তবা যাম্না লোয়নরে, মহাকসি ফৎলক্তবা তাবে।"

য়াম্না নক্লবা মরীমতামকস্থ নত্তে। ঐগা য়াম্না হকচিনা ত্তিম্ন-ক্লবমকস্থ নত্তে, ঐনা তৌরিবসিদি, মাগী লৈতা লাইরক্কুদা অত্থক খল্লবগী রাতনি, ইচম চম্না। ঐগীস্থ পুন্সি অমা তোঙাম্না লৈজ-রিবনি। ঙৈহাক খনলম্নগা হেক কাউখিবা হায়বসি ময়েরা তাবনি। ঐস্থ, ঐগী পুন্সিগী লুরবা ইবালম্থ দা লুপখি। পাক্লবা ঈপাক-থক্তা কোংগোম্না তাকখিবদা কন্নানা কবি হায়রুনি। অত্থবু মুমিৎতুদা মতম চাত্রবা কালত্থদা তোম্বীবু হাণুনা কার অঙৌবত্থ চীংমৈরোং গেট লাম্না থৌখি হায়বা অচুম্বত্থদি শক্লাইদ্রবা মালং-সিদা শকউদনা হক্তনা অত্থম লৈহৌবগনি।

★★★

M

# খোঙ তেকপা মুপা

"বুন্থু, চাক চাক্কলাউনে। থবক অমা কাওবা হৈত্রবনি, মথীবোংদা চাবনি।"

ফম্মেন্দা কুলচন্দ্রনা ফম্না কম্না শাউনা ঙাঙলি। ইংখোল মতোন্দা মচানুপা গোপালনা শনপোং খোইরি। মপোকঙৈগী খোইদবগী হৌনবা হৈতত্নুনা শননা অমরোমদা চংখি, লাঙ্গোল মচিননা অমরোমদা লৈহৌ, ওম্থোকপা মতৌ হায়বত্নুনি। য়োংনা তিম্থোক পাযবগুম্মী। মচানুপানা তৌবিবত্ত উবগা কুলচন্দ্রনা মখোইদোত্থু প্রোক প্রোক চাকই। মখোই থিংনা ঙাঙই— "খোঙসি য়াদবগী তৌনিকো সত্য, মিংসি নাবেদকো, মথীবোংদা চাবশিং অসিনা তৌরিবসি। নখোয়বু করম্না মী ওইগদৌরিবনো ?"

গোপালনা মপানা ঙাংলিবত্নুদা করিমত্তা খুমদে, শোয়দনবা কম্না হোংনৈ। মাসু পংরা রারে, হৈতনা তৌবগী হৌনবা। গোপালগী মনাওনুপা কাওবোই শেংপা বুধনা হায়রকই— "পাজি হেক তৌরুরোদনা, মীসু কম্না হোংনরিবনি, হৈতত্নুনা তৌরিনে, পংঙাঙদা ঙাওবসিবো কবিনো মীসু রারীপোংনি। ফম্মেন্দা মাঙ্গোলজাও ওইববুদি ঐখোয়সু হৈনা।"

কুলচন্দ্র রা ঙাঙবা থরা হেক হম্থে। শোল্লি শোল্লি তৌত্নুনা শোনবা ওইনা ঙাঙখি— "লাইরিক ময়েক অত্নুক য়াম্না কুপ্পদসু

হৈরগা 'সিবু কয়া লুপোৎনো, করি মযেক চঙবনো মসিবু ? ঐখোযদি চহী তরাদা লৌ পবি পরি উতুনা ইমুং পুবা য়াওরক্লে, নখোয়দি লাইরিক তম্লবদি থবক অমতা তৌবা য়াগ্রেনে। নখোযদি ওলব ঙাইতুনা হিগ্রো, হায়রমি" য়াম্না শাকৃষে। মখোল হৌবা থবা হন্থখি হাযবদনি। মচানুপা বুধনা লা উথৎলকই—"তানীংদেসে। নোং হেক ঙানবগা কন্নেন্দা খিনলগা পংঙাঙদা ঙাংলদনা। ঙাং-ববুদি হৈনা ঐখোয়সু ঙানীংদবনা ঙকগ্রে। ঐখোয়সু মসি তম্লবদি হৈনি।"

—"ইকুঙো, গুরূ, নঙগা ঙাঙনবা ওমপোৎক্তে। মপা ওম্বা মচানি নঙদি।" মথরায় নুংঙাইতনা লোইশিনখি।

শুমাং মতোন্দগী মযাম্না গোপালনা হায়বকই—"বুধ, নঙ নখৌ কবি লৈ, নঙ তৌদোহু অহুম চৌ, পাজিনা ঙাঙবদা ব. কানবা।"

ফুলচন্দ্রনা থবাখিং পেনচৈ।

নোংমা নুংদাংনি। ফুঙ্গাদা ময়াম ইকোয কোযনা ফমলি। কুলচন্দ্রনা হাযবকই—"তাদ, ঐখোয়না নহা ওইরিঙৈগা হৌজিক্কী নহাশিংসিগা যান্না খেন্নরেদা।"

—"অং, খেন্নবে, খেন্নবে। য়াম্না খেন্নরে।" অহল অতুনা খুম্নকই।

"ঐনা পাথং যং যং যাবকপগী অতুদদি কৌ পোৎমা মথায় চনবা বোবাসি থাক লেংবান্দা থাঙ্গৎল।। পুবগসে করিসু লৈরমদে। কিসু বিগনলমদেদা, মতোন্দা যেংখৎপদা ঙকলি ন্যারা রাঙ্গবা

M

চরাইখিদাগনে মতোম লোপ লোপ শাউবা কাওবা কাহ্না মশাদু থাম্লিখনি। ওনা লাংলল চাংবগী পুবকপা শীং কোকখোকতুংগদি মখোয়দি উবদা থক থক নীকনিনে। থবক'বানা শুরবগা চাকসিনা অহাও হাওভগা থিদে, পুথম পুথম'চাব। অদি ঐদা 'নত্তেদো-, ঐখোয়গী লেন্দা অরাম্বনি। হৌজিকদি কদাই।"

"হৌজিকদি হাওইগা হাওতেগা, পেৎলগা লোয়মগা, ফুনা চৈনবনা মখোয়গী মথৌনি।'

অহলদুনা ওকশিল্লি— "মখোয়সি অকম লৌরদোরিনো থগদে।"

কুলচন্দ্রনা হায়— "হৌজিকী ওলানিমা হাথতুনা তৌরিসিদি করিস্তু লৈপোক্তে আদা, পিশক পিশক ভাক্তা, ঐখোয়বা পাথং ওইবিরেংদা ওইরবদি মখোয়গ স্বসিদি মখোয় মভাংগা ইভোমতা মুম-বিগে হায়রিবসিনি। হৌজিকতু মখোয়সিদি কবিতু কিদে পাঙলবগি ফবশ্মীদা সত্য।'

অহলদুনা খুম্মী—"অদুদা হৌজিকী নহারোলদি মী মথমদ্রেনে, নারোন্দা লেক্তা—।"

কুলচন্দ্র মখোও অনীমক ককলে। গাড়ী গুরুং চৎপাদা'উ বিমা ননবদগী মখোও অনীমক তেকপদগী শুত্তশমথক্তা, কৈনদা অনী-মক ককখিবনি ডাক্তবদা। নহা ওইরিবৈদা মশা মমগী'ওসিন্দু লেমহৌখা মশাদা মমি তাহৌরি। অদুবু মতু পুম্বদো, মতম অমগী ঋথরীদা তাগ্রে ওহান মপোক্কী য়া ওইগ্রে। ওসিদি চৎপা তমগ্রে

মতু মচানা থাংদোক থাংজিন তৌদুনা লৈরে। কনাগুম্বা মখোয়বু হুংশিন্নিবা মীনা নো মা ফাদোকস্তু ত্রিক্রুয়দা, নত্রগা হেন্নরদা চংতুনা খোঙ অশাবা হাপলুনবগী বাস্তু হৌদোকলে। করিমতা তৌদবগুম ইকন কন্না চংপা গুম্মী হায়রে। অহানবদদি চংলুসিন্না, হাপলুসিন্না থল্লম্মী। হৌজিক্তি মতুগী আশা অমুক তৌখিদ্রে।

লাইরিক পাকম কাদনি। গোপাল অমসুং বুধ বান্নী শান্নি। বুধনা হায়— 'ঐখোয় পাজিনা মখোঙ তেক্তুনা মাঙ্গোন্দা মীগী চিত্রগুপ্ত ওইনা অশোযবদা যেংতুনা লৈবা। পংঙাঙদা ঙাঙবা প শাউদা শাউবা ঐদি হৈনদবনা। গোপালনা মনাওগী বা তারগা হায়রকই— "বুধ নঙ বা কা হেন্না ঙাঙই, মতুদি ফত্তে, মপুক্লিং হুংশিখিনি। পাজিখোইগী মতমদদি মানা হায়রিবতু চুন্নবা জাংনি। নহা ওইরিঙৈদদি মশাগা য়ান্না ফরম্বাজাংনি। সনগাভী অমা ফৌ পীক থন্না হাপ্লগা মতোমতনা চিংতুনা য়ুম তান্না পুরক্লি-বনিদনা, থল্লো অতুম।'

বুধনা মথা তারকই— "কুমৈ ফিয়োংদনা থরাম্ব য়াওরিবা। লিলা অমতা তৌবা য়াদে, মখোঙ ইতেক তেক্লতুনা চংকদবগী লাই য়াওই।"

গোপালনা— "মতু হায়ন্নুনে। লিলাগসিদি য়েংলকপা জাংনি। য়ান্না ঙাওবকপা জাংনিদা।

অহানবদদি য়ান্না লুনা তৌরম্মী। চহী মঙা তন্না শোনলক-পনা ইমুংগী মীনা কয়া থোশারক্তে। কুলচন্দ্রস্তু মনী, ইথু,

M

থুংলক্তে। অত্থু খাঙদ্রি। অশাউবা কয়া ফাথে। ঙাইবা তম্মী। অস্তম ফমদুনা লেঙদনা স্তমিং চুম্না লৈশিনলকপবনিনা মীগী অশোয় অঙাম উরক্তুনা য়াম্না ঙাওগনবা মী ওইশিনলকলে। মহুনা অমুক ময়াম্না মাব্রু স্থংশিনদ্রে।

"ঙাংদ্রে ওম্থোক্লস্থু ঙাংদ্রে। করি অহম্মো চিত্রগুপ্ত ওইনা ফমহুনা মীগী শিত্র য়েংবিনবা অমা লৈরদনা অরেম্বদা চাক তিংনবা শিগ্রবদি ফরদৌনি।" অস্থুম্না মমৌনস্থু ঙাওই। কুলচন্দ্রনদি তাদে।

থবক ইতৌ তৌদবদি নত্তে, মাস্থ মানা ঙম্বা পৈয়া শিং য়েন্সাং শেন্মী। অঙাং লৌই। অত্থু থবক্তি হায়দুনা শিংথাক্লবা য়াদবগী ম্রাদনি।

নোংমস্থ মাগী নংগীগা মমৌগা করি ব্রারীনোমা শাবদা হংগুবদগী মাগী মুগীনা চৈরকই— "কৈ কান্নদবদা প হং হ লিবনো। মুগী ব্রানে, মুগী ব্রা, চক চক ওক্লম্খাস্থ লেমজদেদা।"

গতি লৈতনা তিঙক মাইঙক য়েংহুনা ইকাইবা খাংহৌই। করি করিগুম্বা মতমদা কুলচন্দ্রনা "ঐবু অস্থুম্না কয়া কুইনা হিখিংগদগে! ঐদা শিগ্রবদি ফনিদা চাক চারস্থুনা কান্নদে, শিনবা হোংনরগে।" অস্থুম্না চরা হেনবনা কোঙ্গাইনি। থেম্নবনা কয়ানি।

ময়াম্না থওইবীদ্রবস্থ ইমুং অসিদা মচাম্নুপা গোপালগা মাগী মুগী তমপাক্লদদি মাগী মপুক্লিং থুংনবা কম্না হোংলৈ। তমপাকতি মচিন শৌ শৌ লাউগল্লি হায়বদনি। ঙমদ্রে, ঙমদ্রে হায়না মপুরোইবগী

সেবাদা খুদোল লৈত্রাদে। মপুরোইবন্থ মচা মমৌনা থওইকীরবা উব্রগা মথক্রায় সুংওইজদে।

তমপাক্লা মচাশিংদা হায়— "অঙ্গল মনি মপুক্লিং সুশিংনবা নখোযনা হোৎনবৰু ঙমদ্রবদ্রি নখোয় পোকপগী করি কান্নিনি। নপানা কল্লিঙৈদদি নখোয়গী ননীং থুংননবা কোয়চেন চেন্দুনা হোৎ-নরিবনি। মানা তৌবিবসে তৌনিংহনা তৌবা নত্তে।"

কুলচন্দ্রনস্থ— "ঐগী সেবা হায়বৰু তমপাক্তনি। ঈশিং অশাবা লুমহনা ইরুজবি। ঐদি তমপাক শৈরমড়বদি ঙহান্না কাক্রা চেন-গ্রগদবনি। লাইনা য়াবোই ঐগী ইচা গোপালদগা ঐবু লুনা তৌবি। অতৈদি ।"

মসিদনি অতৈ মচানুপা চাউক্লা, বুধ লোইনা য়াম্না শাউরিবস্থ। মীনা তৌবা শিংথানদে, মবুক ফত্তে। অসিনচিংবা হায।

নোংমা তমপাক কৈথেলদগী থক্লা থেংনা বুমলকই। মুন্দাং অহু কুলচন্দ্রহু চাক চানিংঙে, পুক নংঙাইতে হায়হনা চাক চাখিদে। ঙাড়বা শকপা কয়া খুমখিদে। তমপাক্লা মচাশিংদা হংঙি— "অঙাংশা। নখোয় নপাগা করি করি ঙাঙনখিবা য়াওই?"

মচাশিংনা "মরিস্থ হায়নখিদে করিগী শাউরিবদো," হায়না ইঙক ঙক্লখি।

তমপাক্লা মখোয় অনিদা ঙায়রবা মতম্দা কুলচন্দ্রদো তকায়ৎ-লকই—"করিগী কৈথেল থেংনা বুমকলিবনো, মরম লিয়ু।"

M মমৌনা মীঙোন্দা বারি শাই— "করি অহন্নো থওদে।

চোংগা চোপচরিবা, অসুক হৃত্তরসে খনবননা চাওজরিরাই [illegible] [illegible]।"

হরি উপাল-মুনিংসি। বাকোক পুক্লিংদা মাইক [illegible]। ইরাং [illegible]। [illegible] লিলা, [illegible] বাশোরক। [illegible]সিনচিন্না কুইন্নেগী [illegible] কুলচন্দ্রগী [illegible] [illegible] [illegible] [illegible]।

"তমপাক! ঙসিদি ঐখোয় বামোন্দা লিলা 'হৈক্রু হিলোংবা' তৌনি হায়রি, য়াম্না মুংঙাই মহায়নৱে। চাক্লা ঙস্তা লোইখোকউ। ঐবু গোপালনা থিনগত্র, কনানা থিনবিগনি?"

তমপাকতি কৈথেন নংবা থবককন্না শুরি। লিলা য়েংদবা কুইরে। মু ঙাইশ্রবা লিলানি, য়েংহৌদবা য়াদে। মচামুপা গোপালদা অমুক হংজে— "ইবুংঙো! ইপাবু থিনবিগদৌবিত্রা?' গোপালসু হোয় হোয়দি হায়, মফি শেৎতুনা চংথাকত্রে।

"ইরুজবিরো তমপাক।' কুলচন্দ্রনা হায়রকই। তমপাক থৌরা শাদে। থবক্লা মৈচাংনি।

—"ইরুজবিবগা শংত্রি।" হায়রগা ফি ফি কান্না চঙখি। তমপাক।

"কয়াম য়াৎলিবগেনে। থেংজিনলকলেদো। মুমিৎ তাবগা লিলা হৌনি হাযরিবনি।" পংকন কন্না হায়জবা ঙমজদে। পাঙ্গল শোনবদা নত্তনা রা ঙাঙবা ফাওবা শোল্লে।

তমপাক্লা— "থবক্কী মঙ্ং খঙখিত্রেদো। থবক অসুক চিনবদবু করিগী লিলানো য়েংলুরমু। ঙসিদি থবক য়াম্না চিল্লি। করিদবু

য়েংনীংলিবনো ?" ভাওনা ভাওনা থবকী মরক্তা ফুঙ্গাদা ঈশিং জুরুমখলম্মী ।

থবক প্রপ প্রপ লোইশিনলগা তমপাক্লা চঙলকুনা হায়রকই—
"ইকন্বা হায়বদো নুংসি, খুটৈ শিদা লৈরে, হোংদোকপিরো ।"

কুলচন্দ্রনা— "নঙগী থবক চিল্লি হায়থদাইনে, , ফরেদা" ।
অকাবা শরদা মপাজল য়াঙজবা খোঙেল অমা থোরকই । মমিৎনা জরংদা য়েংডি ।



M

## মায়থীবা



নোংজু থামক্তি ওইহ্রিবনি। অতুবু, কুমশিদি মাস্থ ভন্না থু লরমাগ্নে, অরেপ্পা লৈতনা নো, চুবক্লিবা ভসি নিনি হুমনি গুরে। পৃথ্বী পুম্বসি থুম্নংলগে মতানি।

মাঙ্গোল ফমেন্দা থাবিবা ফক্তা ফমতুনা কুলচন্দ্রনা ইথক ফকচিন্না তুমিন ৱাথল থল্লি—"হৌজিক করি তৌবা তাই? পৈশাসু, পৈশা ঙাংবী অমা পাযদে, বন্ধান থম্বা যাবা পোৎসু অমতা লেপ্তে, একাগাড়িসি নহেনা। পৈশা লেপ্তে হায়দুনা করি'মতা তৌদনা অস্থুম লৈথোকপন্থু চুমদে।"

সাইকল অসিগী লম্মন য়াম্না তোঙ্লবনি মহাক। অবাপ অবাপ্পা মফমদা পুন্সিগী অরু অরুবা থবক কয়া মাগী মথক্তা তোংতুনা চংলগা পা থোক্কৎলবদা নহেনা শেল হেক চিনলকপগা মাবু বন্ধান থম থমতুনা পুন্সিগী তরুবা থবক কয়া পা থোকখ্রবনি। মশক থীজে, হন্নজে হায়বদনি, মগুনদি ইংলিশনি। হৌজিক্কী অহনবা অমনা হেনবা নত্তে। অতুগী মথক্তা কুইনা লৈমিন্নবকপগী হুংসু য়াম্না হুংশিরে।

ইমুংদা কুশচন্দ্রগী হুপী পোমক্রি মনংদা নাহেরি। ঈ হাথতুনা নারি। মচা পীশক পীশক অতুনা কপরি, ফুনা চৈনরি।

ইমুংদা মাগী হুপীনা নাহেৱকপতু তাবা খুদিংগী কুলচন্দ্র মাঙ্গোলদা ফন্না ফন্না। হুংশা থীবা হেনগংলকই, ফন্না ওমলক্কে। থা মখাযমুক্কী মমাংদা মাগী হুপীতু ডাক্তরদা য়ে হনশুররবনি, ডাক্তরনসু চ্যোকশিন হা হাযবরুবনি, হিদাক শীজনবা ইতুনা পীবকখ্রবনি। হিদাক ইবা চেতু মাগী যুৱিংখাউদা হাপচিন্দুনা লৈবা কুইবরুবনি। লৈননবা পৈশা লেতত্তুনা তলব ফংবা ঙাইরক্লীবনি। মবক অসিদনি মাগী হুপীনা নাবা হেনজিনখিবসি।

একাগাডিসি বনাদা বন্ধান থমগনি, থমদবদি যাদ্রে। তোমানদি লৈসে। মহাক পোংচৈ বন্ধান যান্না লৌবিবনি, শেন্দোই চাবিবনি। মা ঙান্দদি হন্দক মপে ক্লী হাযববোই খল্লি, রাশক্তে হায়বদনি, চপাস্থ না লেপখ্রবনি। তোমানতু থাগ্রবনি।

কুলচন্দ্রনা তোমানগী মথমদা অসুম খল্লকই— মখোয় অনী চহী লেঙ্গানি। কুলচন্দ্রসু ওযানি। তোমানসু ওযানি এল, পী, স্কুলগী। কুলচন্দ্র থবক যান্না শু নোঙ্মী ইংখাল কোই, ভহাওবদা অাঙাং মযাম খোমজিন্দুনা লাইহিক তগী। সিদা নত্তে, মহাক উশুই গাডি শেঙ্মী, পুমশু শনা তৌই পৈশাবু ফংগনি হাযরবদি মানা তৌদবা লৈতে। মখুং মশাঙ্গু মানা হৈতবা লৈতে। জুরাব শান্নতুনা শেল হুন্দোকপসু নত্তে, হোটেলদা সিনেমাদা কৈদা অবেম্বদা খরচ প তৌ তৌদে। অতুবু হান্নগী ফিভমদগী হেনগংপদি শুংঙম ওমদে। যেন্সাং ভহাউবা অমা চাবা ওমদ, চন্না হেনবতুনা স্নাওরকই। ঘুম মচা অমা ফাওবা শাবা ওমদ, ঘুম হন্নবা অসি

M

মনা শিনবা ফাওবা ঙমদে, ফোৎচিন খোৎচিন্দুনা শ্রেমজিনবা নত্রো। মতুম্ন মশানা শ্রেমজিন খোৎচিন্নবা থৈবগী পৈশা তিংদবগী ঙম্বনি। তোমানদি কুরিম্ন থোইনা লৌদে, ওঝা ওইবা, ইংখোল্ শুবা নত্তনা। অতুবু মাগী শেলগী ফিজম অসুম অসুম ফগৎলকুই। চাংদন্নবা ঙমদে। খেন্নবদি কুলচন্দ্রগীদি মমানা মপানা লৌ অমত্তা থম্বীরমদে, তোমানগীদি মমা মপানা লৌ পরি মঙা থম্বীরম্মী সিদা নতনা মাইকৈ খুদিংদা মখোঙ যুম্না মেনশিনবীরম্মী, অহোবা অমত্তা লৈহনলমদে। ঝাৎত পাদনা থম্বীরম্মী। চৎথোকখিনবা অহোবা লৈতবনা তোমানগীদি থরদ পুশিনলকপদা লেংদনা তুংতুনা লৈবে। অতুগা কুলচন্দ্রগীদি অহোবগী অহোবমক্তা মমা মপানা অমত্তস্ম মেনশিনবিবমদ্রে। থাগী তলবতা নত্তনা হেক পুশিন্নলক-লিবা মখৈ অহোবা মেনবদা কোনবা লৈতে। অমংবামদা মেল্লিং অতোপ্পা অমদা অমুক হেক হোজিনলকই। হিলিবা পুসিগী মপাঙ্গল ইথোক থোক্লে। হেন্নতুম শোনজিনলকই। অহোবা মেনবদা কোন্নবক্তুতুনা কুলচন্দ্রদি মীঙোন্দা পোৎ বুন্ধান থমতুনা পৈশা পুরুই, মীঙোন্দা শেন্দোয হুল্লরুই। তোমানদি মীঙোন্দা পৈশা পুথোক্তুনা মতুদগীম্ন শেন্দোই কাবকই। কল্লবা লমজেল অসি তান্নবকলি অসুম্মক। তোমানদি চেনবা হৌগৎলমলে ঙহান্না কুলচন্দ্রনা ঙসিদা লমথাফমদগী চেনবা হৌরুবনি। থাগ্রবা লম তানখৎপা অবাইবা নত্তে।

অহুম্ন বুলচন্দ্রনা, তোমানগা মশামক্তা চাংদন্নতুনা য়েংলি।

মী ওন্নবা কোল্লু/১৯

অতুদগী হাক্তম তোমান্দা বন্ধান থমলুবতু নীংশিংলকই, মসি মান। কাউবা শুমগুম গুমদে।

হাকুম মাগী হুপীনা অঙাং উনবদা তোমান্দা কুলচন্দ্রনা ইকাই ইকাইনা লুপা চামাখক্কী মাগী সাইকলতু বন্ধান থমলুই। তোমানগা শন্নরুবা কুলচন্দ্রগী পুন্সিদা মসিনা অহানবনি। তোমানবু খীখিবসু মসিদগীনি। বন্ধান থমলমদাইদা কুলচন্দ্রদি হংস্নবনি—"শেন্দোয় কয়া ওইববনো?"

"পোৎ য়াওবনা চামাদা থাদা লুপা মঙাতনি।" থা হেক ফাবগা হন্দোকলুগে খনবনি। অতুবু শুমহৌদ্রে। থা অমামখায় ফাবসিদা লুপা ১১ /- পুতুনা চৎলুই।

কুলচন্দ্রনা তোমান্দা পীশিনলগা হায়রকই —"শেন্দোই কয়া থোক্লবগে, পাতুনা লৌবিহৌবো।"

মপুক্লিংদদি থনখি— মে থাগী তাং ১৫ দা থমখিবনি, ঙসিদি জুলাই তারিখ অমনি। থা অমামখাযগী শেন্দোয়দনি লৌহৌদবা।

তোমান্না কুলচন্দ্রদগী পৈশাতু লৌশিনলগা মশাং থাতুনা যেংলগা তুমিন্না ইমুংদা চঙখি। মখোয় অনী থোইনা দোবো খাদানদে। কুলচন্দ্রনা তোমানবু যাম্না ইকাই হ গোয়না তৌই। চহীগা লেঙ্গা ওইবতুদা থোইনা ইকাইজৈ।

কুলচন্দ্র মতোমতা জুরি তাক্নমদা লেপহৌই। ফিদাসু থারমদে, মাঙ্গোন্দা ফাল অশাংবী নমঙা য়াওবী অমদি লৈ, মতুদা ফন্মু ফাওবা হায়রমদ। কুলচন্দ্রনা খাবৌরশী— ময়ুম্নদা মী লাক্লগা ফিদাসু থাদবসিবু করি মীনো? করি চৎনবোলনো? ঙহানমুক লাকপদসু

M মী শুম্নবা কোল্লু /২•

তৌই, ঐতন্না কাখৎতুনা মাঙোন্দা থাবিবা কাল অশাংবীসিদা ফম্‌বনি। মখোয় ইনাক থুনবসিদি হৌনা লোনচৎতি খঙখিত্রবা জাৎনি। মী ওম্ব্রোক্লা উশিৎখিদ্রেদা। অস্নুম্না থল্লিঙৈদা তোমাম্না ইমুংদগী খোরক্লগা হায়রকই— "বাবু, অঙাংনা ডাক্টরদা চৎকনি হায়ত্তুনা সাইকলত্তুদি পুপ্রে; ঙৈহাক লৈরগদি পুবন্নি।"

শাউনিং শাউনিং তৌরিঙৈদা রাত্তু তাবদা অমুক হেন্না শাউনিংলকই। পোৎ বঙ্কান ওন্থদি শিজিন্নফম থোক্কে, মত্তিক চানা শেন্দোয় পীরি। গাড়ি তোংনরম্বত্তু কুলচন্দ্রনা যানী দে, য়াম্না চুমদে খল্লি। থীনা হায়নিংঙি, অত্তুবু লৈবাক মচা তাবগী থাখলনা, করিস্তু হায়জবা ওমদে।

কুলচন্দ্রনা হায়রকই— "ফৈদা, ফৈদা হোরেল মানা হেক লাক্লগা ঐখোয়রোমদা পুহনবীরক্লবস্তু যাই।"

কুলচন্দ্রনা ওমাঙদা অত্তুম লেপ্লম্মী। অস্তুম লেপ্তুনা লৈবত্তু উরগা তোমাম্না হংলকই— "ঙাইবীখিগে হায়ত্রা?"

কুলচন্দ্র— "ঙাইজন্নরোই।"

ঙাইরক্লোইদি হায়রগা কুলচন্দ্রনা চৎখিদবত্তুদা ভাব তারক্লমান্নে তোমাম্না হায়রকই— "পৈশা খরা হল্লকউ হায়ত্রা? পোংসি থম্মবা থা অমামথায় পুরা ফারে। থা অমামথায় ফাগ্রবদি ঐগীদি থা অনীগী শেন্দোয় লৌই।"

তাবদা কুলচন্দ্র ওকই। পীং লাওই।

তোমানগী হুপীনা ইমুংদগী লাউরকই— "মীগীদগী লৌরবস্তু,

খল্লু যারকনে, লুপা অমরা অনীরা থল্লা হেক হনরীখ্রো।"

লুখীতুনা লুংশিবিরকপা অতুদনা অমুক হেন্না শাউনিংখ্রে। হনবক্তি মপুক্লিং লুংশিবা অমতুম য়াওরকই ইকাই লুংশি যান্নরম্মী। লুচত্রনা— "হনবিক্রবস্থু য়ারে, চৎচরগে।"

শোক্লবা মঙ্গোলুগী মৈশা লাংলতুনা-কা অমত্রা ঙাঙদনা হন-লকখি। মপুক্লিংদা থনখি— পৈশাক্লবুদি অয়াম্বা নত্তে, মখোয়গী তৌরিবা অতৌতু লুজদে, য়াম্না চাউখৎতে হায়রনি। মতুদগী মপুক্লিংদা চপ য়ুংনা লেপখি— হন্দক মপোকসিগী তোমাঙ্গী খুদি পৈশা মপুররোই। শিগদোবমক লৈরবস্থু মাঙোন্দদি মচঙখ্ররোই।

অতুদগীদি মশাদা মশা হঙ্জিন্দুনা তুমিন্না অখাবা পুম্বা মপুক মহুংদা য়োংশিনখি। পাঙ্দবা কুয়োম অমনা তপ্পা তপ্পা মশা পুম্বা অসুম য়োমশিনখি।

অম্বুন্না হৌব্রবা থৌদোক্তুগী মরমদা নীংশিংলম্বদগী যুক হৌগৎ-তুনা ইমুংদা চঙলকই। মাগী লুপীনা ফমুংদা অনাবা খাওলিবস্থু চংশিন্দুনা হেংলম্মী। বা অমত্তা ঙাঙামদে। চাকথুমমাংদা চজিক থরা পুখোক্তুনা লুপচিন্দুনা চারিবা মচাশিংদা অমুক যেংল্তি। চাক চারিবকস্থু যাম্না মোংলম্মী। অর তর লেপ্পা লৈতরি লোং য়ুমথক্তা। মপান্নদি লোং ঢুম্বিবদি, অতুবু থুখিবনা ইমুংদা চুবগা চপ মান্নরক্ল। অনাবনা হিপলিবা ফমুংতুদস্থু য়ুই। চাক চারিবা মক্তমতুদস্থু য়ুই, মফম পুন্নমক্তা চোং চোং লাউই, পিং, পিং লাউই।

য়েংলুরগা তৌকম খওরতুনা থর শাংনা লুন্দুনা "লোরোকী

পুন্সি হায়বত্নি” হায়না শোল্লম্মী। ইমুংদগী থোরক্লুনা হান্নগুম ফক্তা অমুক ফমলৈ। অহুগা মপুক মনুংদা থল্লি— নোরোক নম্রগা স্বর্গ হাযবসি শিরগা ফংলুগদবা অতোপ্পা পুন্সি নত্তবোইরে; হৌজিক হৌজিকমক শেল্লিবা পুন্সিসিমক্লনি।

মখোঙ ফুইনা চুরিবা নোংত্থদা অহুম য়ের্ঙি।

অমুক হৌগংলি, ইমুংদা চঙখি। অমুক থোরকই, হান্নঋিত্থদা অমুক ফুন্মী।

হন্দক্তি ফনা কুইনা ফমলে। “মাঙোন্দা নত্তনা উপায় লৈতে” হায়বম্মগা ইমুঙদা চত্তশিন্দুনা মঙ্খি মরোন শেংচিন্নি। সাইকল ইন্থোরকপদা মাগী নুশীনা ফমুংদগী— “কদাই চংকদৌরিবনো ?”

—“অহুম্না ইফক ফকচিনবসিনদি ফগদবা লৈতে, তোমান্না একোগাভিসি লুপা ১০০/- দা বন্ধান থমগুবা তারে। মাঙোন্দদি মহাযবরোই হাযনা ঙবাংদগী শিখাঙ থাঙবনি। ঐনা মিং উইশিন্দুনা থিবদা মা নত্তনা অতৈ কনাসু লৈতে। লাইববতনা মাইথীগদবনি।”

একোগাডি ইস্থোক্লুনা ‘তনদি তনখ্রেদা মাঙোন্দা হায়কদৌসে’ হায়না শোন্দুনা চংখি নোং মরক্তা কুলচন্দ্রহ্‌।



# নুং চক্নুনা তকথাম্নবদা

"তোম্বীহোইগী ইতৈমা ইবেতোনসি য়াম্না তৌঙ্মমাম্নে।" ঐনা হংবোই ঙাঙবোই তৌনা হোৌদোক্লকই।

"হোয়্ন য়াম্না ঙম্নবজাৎনি খিৎতগা নত্তে।" ঐগী হুপীনা খুম্নলকই।

ঐনা ফমুংদা লোংনা হিপ্না মেগাজিন অমা ফাক্নুনা য়ে লি। ঐনা খল্লি— পুবা ঙম্নক্তনা তৌবা ওইবিনি। ফোংনা হায়ক্লই— "মাবু কৈথেন্দা চানা বোরাগা যোনলমদাই, মত্নুনা কৈদৌরবা তোকখ্রবদি।"

—"ললোল'শলত্থু চানীংঙাই লৈতবদগী চাথোকখ্রেদনা অত্থু ওইরবদি য়োননবা পোৎচৈ অমুক লৈবা ঙমদত্তনা তোকয়েদনা। বা হায়ববু মসিনি।" ঐগী হুপীনা সেলেবল শাংনা শাংনা চিং-থোক্নুনা ঐবু জ্ঞান তানবা তাক্লম্মী।

ঐনা মত্নদা— "চুম্মীদা মত্নস্থু। মচা মযাম থাকপা ঙম্নরিরোই। মুংবু মুংশিদা, ঐখোয়মক্লা অম্নুক ন্নারবসিদবু মাগুম্বা মুপীনবু মচা তরুক্কু কবম্না থাক্লিগদগে? ফরবস্থু ফত্রবস্থু ঐখোয়গীদি থাদা লেঙ-দনা লুপা চাতরেং, চাতরেং শোয়দনা লাক্লবনি, সিফাওবদা ফেং ফেং হাইরবসিদা?"

ঐগী হুপীনা হায়রকই— "মত্থগীবুদি য়াম্না চুমথ্রবজাৎনি।

M

ঙন্না কাকুর্দা লুপ্পানি, হৌজিক্কি লৌইরে, মসি মপোৎ মচু পৈশা শোকচিন্নবদা অতকপা ফংলবনি'। লমশোংগী হাঁরিবক্ত উশৈংবা শুইরে হৌজিক্কি।"

ইতৈম্মা ইবেতোম্বু থুম্রাবীনি। মপুরোইবনা হন্দোক্লম্বা চহী মঙা তরুক ফারে"। মচা তরুক, লৈশাবী অছুম, থুপামচা পার্দক লাশক অহুম হন্দোক্লগা তাইবংপাম অসিদা মশক উথিলরে। মরা মপাউ তাখিদ্রে। মচানা করি চারি, মাগী থুগাইনা করম্না হিংলি হায়বা হম্না য়েংলখিদরে। ওস্থোক্লা লুনা তৌজগ্রবা মচানুপী ইতোন তোনবা অমসিদি মচানুপী অহল অসিগুম্মা থুমিং নিনি চেঙ লৈতহনা চরা হেঙ্গুনা মশিং তমখ্র পাম্নবা ফাওবদা মচাগী অরাবা মতৌক্ষু উদনা অমম্বদা লৈত্রে শপাদি। কনাগী অরাবী মানা থওবিবা লৈত্রে।

শিখিবা মাদি, অমরোমদা, য়াংদ্রে। হিংবগী লুম্নবা পোৎলুম অসি পুবা থাওখিদ্রে। মানা শিদ্রিঙৈদা পুমিন্নরম্বা লুম্নবা পোৎলুম অদো মনা হেক শিখিবগা মাগী থুপী ইতৈমা ইবেতোনগী মথক্তা পুম্নপ পুম্না থোংগৎপিবমলে। পাকপ্রবা তাইব পান অসিদা কনাদস্থু পোৎলুম অসি থোঙ্গৎলুবা যাদনা মাদনা পুহনা লাকলি।

মচাশিংদি অঙাংনি, করিবু খঙলুগনি, লায়গা চাগে মীনা কজবা ফি শেংপা উরগা শেংকে, সিদনি মথোযগী হায়বনু। মানা পোকপা মচাবু কনাদা লংশিনলুগনি। অঙাংশিংসি য়েংবা থুংঙাইত্রে হায়হনা চাম্না অনী অহুম হেন্দলক্লবা মতুংদা লৈকাইগী কনাগুম্বনা নৌংঙা কালোক চাক চথোম অমা অতুক পাজখিরবা নত্তনা, ঐগী

ঐগী পুন্না ওয়বা হোৎনবদা কনানবু কয়ারক কুম্না পী বিগদগে ? পুম্নমক অসে ইতৈমা ইবেত্তোনদি চেনবা য়াবা নত্তে। থাং, তা, নোংমৈ অমত্তা শিজিন্নদবা কনলবা অমদি শাথীন্নবা লাল অসে মীয়য়োক্লবা তাই ইতৈমা ইবেতোন খুপী অমা ওইরবসু। অৎম্বনা হিংজহৌবা, ওমদবনা মাঙজখিবা মশানা তাজবনি।

"ইচে ইবেত্তোনগী মরমদা করি তাবগে ?" ঐগী হুপীনা হংলকই।

ঐনা খারীলিথৈ—

ঙহান ঐহাক অজ্ঞাচৌবগী হোটেলদা চা থক্লম্মী। ইতৈমা ইবেতোনগা মৌনহা অমগা চঙলকই। ঐ লৈ হায়বা মখোয়নদি উরমলোই মরমদি ঐদি মসুংদা লৈ। ইতৈমা ইবেত্তোননা বেদো বেদো লৎপা লৈত্রনা সনাবুলদগী ঈশিং হৈথরকপগুম ঙাঙঙি। ইতৈমদু চবি য়াম্না তৎনদি উরে চন্না য়াম্না হেনলত্রা নত্রগা নাক্লরত্রা করিনো খঙদে। হায়— "ইবেম্মা, হংচিংসিদি শুংশোই হেক শোয়ররোই। নঙ লাক্তুবসু ঐহাক্না হেক য়ুমদা নোংঙাল্লগদবনি। ঐনে ঙবাংদগী চাক চাবক্তিবনি, ঐ মিংসে তন্দন পাইরে, ঐজ্ঞা, চা অনীদা পীয়ু।'

"ঐ থকওই" য়াম্না তেন্না মকক ওইনা খুম্নকই মৌ নহাতু।

কৈসু থোশাদে ইতৈমা ইবেতোন। "মা থকওই হায়রে। চাতু অমতা পীবকলো, তন অমগা পীয়ু।'

ঐজ্ঞাচৌবনা চা তল পুথোক্লুনা পী। করিসু ইথ থওক্ষদনা চায়।

M মৌ নহাতুনা হায়— "ইনেনা হন্দক ভৌরিবসি য়াম্না চুমদে।

ইনেম ইন্দু শাগ্লিবনি, ঐগীস্থ খরা য়েংবাখা কৈ। ইনেগী মতৌ য়েংবা ওমমল্লভুনা তৌথিদনি।"

—"চুপ্পী, চুপ্পী, য়াম্না চুম্নাজাংনি হায়রিবস্থ, তঙ্গা অমা চাদবা হায়বহুনি। ইনেম্বনে অস্থুম্না তৌবা মী নত্তেদা। ইনেগী সনা, হংচিং ফাওবদদি বারবস্থ বানা খাঙঙো। হংচিংসি ইনেনা নোংঙানত্রিঙৈদা য়ুমদা খিনলক্পা লোইরেদনা।"

মৌ নহাস্থ উপায় লৈতবগুম উই। ইতৈমা ইবেতোন চাবা থকপা লোইবগা— "নঙস্থ থেঙপ্রে, চৎলরো ইনেগী হুংশিবী, হংচিং শোয়দনা তৌরসি। চৎলসি পৈশা শীথোক্লম্মো।"

মৌ নহাতনা বেগতগী পৈশা লোথোক্লুনা শীরম্মগা থোকখিরখি।

ঐগী সুশীনা হায়রকই— "তৌবদি মানা তৌরিবসিদি মাগী নক্লবা মরীমতা ঙাক্তদগীনি। হৌজিক্কী মৌনহাক্তস্থ ইচে ইবেতোনগী মবুংগী মচাম্নুশী রাখে ওইরিনি ঙহান লাক্লম্বনি।"

"অজ্ঞাচৌবনা বারী অমস্থ লীরকই" ঐনা তম্মী।

"কবি বারী?"

"নো মস্থ মৌ নহা অমা মহা ওইনা কপপ্রে হায়।"

"কবিগী কপ্লিবা?"

"অজ্ঞাচৌবনা লীরকই— পৈশাবা পোৎলা অমা ঙসিগী হুমিৎতা পুবক্ত্রবদি মরাগা মনেমবোক্কনা য়ুমদা হজিনলকপা য়াদে হায়বিরে হায়।" — ঐনা মখা তাথৈ।

ফিশাকোল অমা লৈজরম্মী। মস্থ লৈবিঙৈদদি হুমিদাং ঐথোয় খ্বাইনা তুমনগ্রবা মতুং আ থেংবফাওবা কি শাবগী মখোল তারম্বনি,

অসুরক্তু থম্বা হেন্সোগাংহুনা ফি শাবরবদি। হৌজিক্তি ফি শাবা মখোল তাখিদবা কনা কুইরে। ফিশাক্কোম অমত্তু শাইহনা চৎখ্রিনা, লোনশোকখ্রবা থাওরে ॥ ঐনা হায়্রি— "অদুক থম্বা য়াত্রবা লেখোয়বু ?" ঐখোয় চুপ্পা হায়রকই— "মিনাক্কোল অমত্তু লৈকরিভোগি মচাসুপী লৈশাবী অনীশিনা মতং কনা শাবরবনি। অমত্তু থীগী শেল তোনলুবদগী শিংনা তম্বাহুনা শক্তিজনহুনা মথক্ত্রে। হৌজিক্তি মচাসুপী লৈরবশিংদে থকম চৎখনা থওমনা পুক্কি পুক্কি চপ চপ লেপ্পুনা লৈরকই ॥"

ওহান্দি কয়া হুজাইহত্রে, মচা হন্জোন তোনখত্তু কুচু কুমেননা তইহনবা তাইরহুনা থুক্কত্তু পিশক শীরহুনা য়াম্না শোন্না মাঙোল উথোক্তেংনা ওাঙ্গুরা লৈহৌই। চরাগা য়াম্না হেল্লমাথে।

ঐনা থম্মি— হৈজেনা ইন্দ্রজোনগি অহুমা তৌরবা মী নত্তে। হায়নখিবদা শোইগন্দবা, ইকাইকা থওবা মনার শাবা মী শুইরম্মি। তাদত্তু লৈরিডোকগি লৈকাই শনানশীত্তু লৈশা পূরবা নত্তে, লৈমিয়বগী অত্তুক লোথোক লৌশিন তৌনরবস্থ অমুক্তা কুইনা তোন্দে; কোক কোক পীথোক্লুনী। অতমপুনদি অদুক মপাক্তিস্থ য়াম্না হুংই তপ্পী। কন্নাগম্থ ফেৎ হাযনদে।

কবি তৌরে হৌজিক্তি। মচিন কনবী, মচা মশুদা থীনা থীনা চৈগমবী শুইরে। নলশোৎপীনা পাউথুম য়াওি হায়থত্তু মাংেন্দা থোক্লরে। মানা হুমিৎ থাবদা কনানদা থাজবিত্রে। মা চৎলকপা উবদা পোৎ শোৎকে হায়ররনি খন্দুনা য়ুম্বু অমসুং হুকান্দাবনা মাবু চৎহনবীংত্রে।

হিংনবগী নুং চক্লসিনা তকথায়রকপদা মথক মথা থোক ওস্থাক্লুনা অনৌবা শক্তম অমা লৌখ্রে। অনৌবা শক্তম লৌরক-পাসিদা ঐগী থম্মোয় শোক্লমী। য়েংবা ওমজ্রে হায়তুনা ঐনাদি করিবু ভৌবা ঙমগনি। ঐন্থু পুদা হৈদা লৈবা নত্রে। ঐগী ফাওবা চি লাউনা থোম্নরবসিদা থনজুরগা মাগী তুংগী পুস্নিগীদমক ঐহাক ভশেংনা কিবিরম্মী। অঙ্কলু ঐস্থু উপায় লৈতে।

নোংমা

মথংগী মুমিৎ অমদনি।

সবকলোমদা ক্লা ক্লা লাওনরকই। মহৈ মহৈ চেম্ব্লোক চেম্বোক্লুনা য়েংনৈ ঐগী মুপীনা প্রপ প্রপ চঙশিনলক্লুনা কনাদা হায়রিবনো খঙদনা হায়রে—"ইচে ইবেম্ভোন্দু ময়াম চঙহুনা ফুবিহৌরে।" ইরাং লাংলৈ।

ঐস্থু চেম্বোক্লুনা য়েংলুই। উবদা ঐ ঙকই। ইতৈমা ইবেতোন্দু মুপা মুপী মী মবি মঙানা যোমশিন্দুনা ফুবিরম্মী। ইতৈমা ইবেতোন্না মখুৎশু হঞ্জদে, য়াম্না পীদোম্না লৈরম্মী। মচাশিংনা পংলাঙদা লাঙলম্মী।

ঐনা—'কৈনো কৈনো। ফত্তে ফত্তে।"

মৌ অমনা খুমকই—"মসি মুপীসি মহা তৌঙম্বীনি। লুহোংবা চৎপদা মচানুপীনা চিন্নিংঙাই লৈ লৈতে। ঙৈহাক্তা চিনহনলুগে হাযনা ঐগী ইনাদা চিনজরিবা সনাগী লৈদো রায়বিগ্রগা পীয়ু য়াদবা য়াম্না কুইরবনি। ঐখোয়স্থু মরাইনা পীজরকনি হায়তুনা

য়েংঙেদনা। হাৎলগে হায়রিব্রা খঙদেনে পীয়ু শুদয়া য়াত্রিবসিবু। ঙসিগা হয়েংগা হায়হুনা কয়া কুইরে। ঙসিদি মা অতাবী অমা খঙদবা য়াদে।"

ঐনা— "ইতৈমা, মীগী নৈদো পীথোকখো। অদুগা মী অমদা ময়াম চঙহনা যুবসিদু ঐখোয় য়েংবা কয়া মুংঙাইজদে।'

অহল ওইবী অমনা যাম্না শাওনা খুমকই— "সনা মোহোর অনীগী লৈনি ; ইবুংঙোনা হেক পিথোকপিরকউ, ঐখোয়দি মাঙোন্দা কৎনবা ইবলদি লৈজদে। ঐখোয়গী ইপোৎতু ফংজববদি ঐখোয় মাবু কৈন্তু ফুবোই।"

ঐনা— "স্না অদু কৈনোমা তৌগ্রে।" হায়খি।

ঐ উপায় লৈতে।

ঙৈহাক লৈরগা থৎনবস্তু তোকখ্রে, মহৈ মহৈ কায়নখি। অদুবু ঐগী থম্মোয়দা তাহৌরিবা ইতৈমা ইবেতোনগী পীদোন্না য়েংলকপা উপায় লৈজদ্রবা, তিঙক মাইওক্কবা মিংয়েংগী মমি অদুমদি মুংলু য়াদ্রে।



M

মী শুম্নবা কোল্লু /৩০

# অমম্বা কুয়োম্মুং

মধুসূদননা মৈতৈরোলগী মহাভারত পাহুনা মুমিদাং মখোয় ময়ামদা তাহনলি। মধুসূদন অসি মখোয়গী য়ুমদগী য়ুমলোন তরামুক চংলগা লৈকাই অমতদা লৈ। মহৌশাদগী মধুসূদনগা মখোয়গা তিন্নৈ, মুপা নহা লৈতবা মতমদা মখোযগী মুপাগী থবক অয়াম্বা মানা তৌবি। মখোয়গী য়ুমদা মানা চঙবগী মতম চাবা চাদবা লৈতে।

অহানবদদি মহাভারত তাবগী থৌরমসি সন্ধ্যা মতুংদগী তারক-পনা মুমিদাংগী চাক চাবগী মতমদা সভা হেক হেক লোইশিনলম্বনি। মতুংদদি চাক চাবা তোক্লবা ফাওবা মখা তানা তাবগী হৈনবী অমা ওইনা থেঙনা থেঙনা পারে। য়ুমলোম্নবা মী পুম্নমক তুম্নখিহুনা মীচিক খোঞ্জেল তাব্রবা ফাওবা মধুসূদনগী মনাক্তগী বিদায় লৌবা মখোয় ঙম্নরমদে। করিগুম্বদা নোংয়াই, করিগুম্বদা পুংখায়, পুং অমা তাখিবসু য়াওই।

নেশা অত্থ চম্নক্লে। কোম্তংদদি তুমনিংলক্কুনা অমমম অনী অনী ফমুংদা চঙখিহুনা তুম্নখিবসু যাওরক্লে। মহাভারতকী মহাও কাউবা ঙমদনা নিতিগী লেঙদনা লৈরিবা ভক্ত হায়ববু চন্দ্রসখীদা মঙাযরক্লে। লোইনা তুম্নখিহুনা লাইরিক পারিবা মধুসূদনগা চন্দ্রসখীগ্তা কা অত্থদা লৈহৌহুনা তাবা অসি তোয়শিনলকই। থেঙনা নোংয়াই মতুং পুং আ তারফাওবা কনামত্তা চঙদ্রবা কাহ্নদা

ভক্ত অনী রস চুপমিন্নে। অহানবদা মরক মরক্তা থোক্লম্বহুনা মমৈদদি বন্নাবর ওইরকই।

চন্দ্রসখীনা হিপলিবা ফমুংতুগী ফমাংদা ফক অম্না থাহুনা মধুসূদনম্না ফম্নগা মহাভাবস্থ পাই। পাবা হৌবদগী কনামতা চঞ্চলহুনা চন্দ্রসখী মতোমতা তাবনা নম্নকই। চন্দ্রসখী ফমুংদা হিপই। কৈগুম্বদা ফমই। অতুগা মধুসূদনম্না ফমুংদা ওাথে। মখুৎনা চন্দ্রসখীগী মশাদা তান চারুবদগী শোকখিবস্থু য়াওই। শোক্কে ছায়বা অনীংবা অমগা লোয়ননা, শোয়খিবা, শাহুনা হকচাগী শোকফম চাদবা জগাদস্থু থেংলুবা জাৎনি। শোন্নবা মঘমহুদা পাক থাদোকপা ওমদহুনা পাযশিন্দুনা মিংকুপ খরা অহুম লৈ থাকপস্থু য়াওই। চন্দ্রসখীস্থু রাকৎ অমতা থাজৎলক্তে। অশোনবা মিংবুগুংগী খুদোং চাবহু মধুসূদনদনা কুপ্পা পাহুনা হিসাব তৌই।

চন্দ্রসখী মৌনি। মপুখোইবা খাইমত্রিবীনি। মচা পোক্তে। চহী ৩৪।৩৫ মুক্তা মওায়রি। মপুখোইবগী খুমদা লৈখি। মপুরোইবা চাউবদি ভসামদা তোঁয়না ললোমবা চংলি। অখাম্বা মতমদা ময়ুমদা লৈতে। অসামদগী মমাওর্দৈদা মতম খবা পাউ অম্না তাখি। চাউবা মুপা অমা লৌত্না ভসামদা লৈপ্রে হায়নখি। চুম্বা চুমদবা খংদে, চহী অমা অনী মহুক মণিপুরদা থোরিকলুপ্রে। মসিদি অশেংবা রানি। মতমহুদি চন্দ্রসখীসি পোৎখাকম খওদনা উখি। অতুবু হৌজিক্তি বৈমতা তৌখিদবদৌনা চাউবস্থু খুমদা লৈরম্নে। চন্দ্রসখীগী হৈনদবা অমদি চাউবদা ইরৈ লৈখিব্রা চিংমৈ।

M

মধুসূদন এজুকেশন ওফিসতা টাইপ নম্বগী কেরানী ওইরি। চন্দ্রসখীগা লেংগানি। চহি ৩৪।৩৫ দা মঙামরি মুশুক মুত্তোদি অতুম য়েংবা য়ানা ফজে। ছুতি মুমিৎতদি অমুক মু থিলদ[illegible]-হোইদা ৱারী শাত্নুনা লৈ। চুরুপ বিরি পুথোক্নুনা চন্দ্রসখীগা থকমিন্নৈ। মুমগী মী অতৈ অহেনা থোশাবিত্রবসু চন্দ্রসখীদদি মধুসূদনগা ৱারী শাবদা চাক থোংহুনা চাগনি কাউই।

লৈশাবী মচা পুক্কক ফাববী মনোরমানা নোংমা মধুসূদনগা চন্দ্রসখীগা কমুংদা ফিজম চাদনা লৈমিন্নবা থেংনখি। অঙাংস্থ ইকাহবোই কৈবোই তৌফম খঙদনা হন্দোকখি। মখাযদৌস্থ শাওগৎনা মৈত্থমস্থ কুমত্থনা থমখি। চন্দ্রসখীনা নোংমা, করিনো রাহৌ অমদগী, চৈরুবদগী লৈশাবী মচাত্থনা শিৎ শিৎনা হায়দোরকখি। মহাভারতকী মনাই ওইবদগী হেন্দোক্নুনা চন্দ্রসখীগা মধুসূদনগা ঙাওনবে হায়বা লৈকাই শবা শন্না খঙনগ্রবনি। অত্থগা ইমুংসিদা লৈবা মী পূন্নমক ইমুং মুংঙাইনখিত্রে। ৱাদি ইঙাও ঙাওযোক্লদে। মহৈ মহৈ মপুক্লিং মমুংদা রা কুমত্থনা মিং নাবগী মিংয়েংদতা মযেংনৈ।

চাউবগী মনাওঙ্গুপা যোগেন্দ্রদি হায়রিবা ৱাযমসি হান্নদগী চিংনরক্লবনি। ঙাংথোকপা ওন্বগী পাঙল লৈতবংম তৌবদগী ঙাও-থোক্লবনি। ইমুংসিগী মুপী অঙাং মখৈসুনি। শোনবসি হৈনবদগী ফত্তে খঙনা খঙনা অত্থগা মখোযনা খংশিবা রাকমস্থ অবানবা ৱাকন নত্তেসু খংনা খঙনা ফোংনবা অমদি ইচঙ থোনবা পাঙন্দু মখোয়দা

য়াওল্রে। কৈস্নু তৌদবা শাহুনা লৈরে। অহুবু য়াই মপুং ফানা কামশিল্লিবা লিল নহান্নুবীহুনা নোংমা লাউঁথোরকপাহুদদি য়াইনা মশা পুন্না ইকা ফাজিনলবা পংথববা লিলশিং অহুস্নু শিক্কম নাক্লুবা মখোয়গী থাজবী অহু মশা খরদং খিংদোক্লুনা অহিংবা মানহন্নবদি কাবক কাবক ঙমখি। যোগেন্দ্র মশামক্তা মধুসুঁদনদা খঙহনখি—
"নঙ চঙলক্লনু কায়মত্রিউঙসিদা।"

চাউবনা আসামদগী ফাবৌগা ঙাঙোন ঙাল্লিগা পুথোক্লকই। অরাপ অয়াম্না মফমদা চংতুনা হুকান্দার মহাজন ঊনক্লই। অনকপা মফমশিংদনা চন্দ্রসখীগা মচেগী মচাচ্নপী হনলক্লুনা লৈরবী অমুতোম্বীগা থা থাহুনা য়োনহল্লি। খুবাই লম্লোং, লোয়োক কৈথেল, নম্বোল, কাকৈথেল শিংজমৈনচিংবদা চংলি। অমুক ঙন্থম বস তোংহুনা, থরা নকপদনা য়িক্লা তোংহুনা চংগ্রগা কৈগুম্বদা মফম অহুবাইগী হোটৈলদা চাক চাথোক্লগা হুংখিল ফাওবা পোং যোল্লি। নোংমা চন্দ্রসখীনা ঙা যোনবা চংক্লিজৈদা মচেনা ইকাই হঙোই পৃম্না থাদোক্লুনা চাউবদা তম্বা য়াবা মঙংদা শিং শিংনা তমগ্রবনি।

চাউবনা মচেগী বাহু থাজদবস্নু ঙম্মদে। থাজবে হায়ল্লস্নু হেক্তা রাক্ষসসি তাপ তাপ পাযথংতুনা চন্দ্রসখীদা হংখোং তৌহুনা বা বা থংনহুনা ঙাম্নোক খোংতোকপম্নু ঙম্মদে। মা পুম্নমক অসি ঙাশিন্দুনা মথম্মোযদা কৈমত্তা ফাওদবা তমলি চাউবা মচেগী রাহু তারগা হোযনি মায়নি অমতা হায়দোক্লনা তুমিন্না লৈ। মবুদ্ধিগী মম্নবা অমদি থংববা কাহুদা পীকথন্না হাক্লিন্দুনা থম্মী। তৌবগীদি



M

মথম্মোয়দদি শাউবনা ঙুং ঙুং চাক্লুনা লৈরবনি।

হুমিং অহু চন্দ্রসখী মতোমতা ঙা য়োম্নবা লমলোংদা অমুক ঙম্পাদগী চৎখি। মফমদুদা অতুম চাক্লা চাবগা লেপ্লদুনা যোনগদৌরিবনি। ইংথর্মথামক্তি নত্রে মতমদু। মুংখিদগী পুং অমা তাবা হায়বসি পংথেঙ থেঙান্ত্রে। লমলোংদা চন্দ্রসখীগী মনাক্তা চৎকে হায়দুনা চাউথা সাইকল ইঙ্খোক্লুনা থোবকই। চাউবদি চহী ৪০ মুক্কী লেংনি। মক্কি ময়োল নাম্না শেংলি। কা মতপ অমা হাউদ্রা চায়।

মিচ্চুথোং হেন্দোরকপা তেলি পটটি য়োরমদাই খজিক্কং ক্লাংলিঙৈদা মধুসুদনগা থেংনখি। মধুসুদননা খুরাইবোমদগী হাইগৎলক্লপনি। তাদবু কদাইদা লেঙবিরিবনো হায়না য়াম্না চম্না কৌরম্মী। মমায়দা কৈক্ষু অমত্তা উবা ফংদে। চাউবদু থবক অমা চৎকে হায়না থুমখি। খঙহৌদে চাউবগী মশা অদু ইচোক চোকথখি। ইতন তন্থখি। চন্দ্রসখীগী মনাক্তা চৎলরোইসিরা য়ুমদদুম হুনলসিরা হায়না হাযফেৎ খল্লুই।

লমলোং কৈথেল য়োম্নগা চন্দ্রসখীবু পাক খিবা ফংলমদে। মীনা চিক্লা চাযনবা ঙমদবা মথৈ তিনলম্মী। ঙাইহাক কোইবৈ লৈদুনা থিরুম্নবা তুংদা থেংনখি। চন্দ্রসখীদু কা হাউনা চারম্মী। মথম্বায় য়াম্না মুংঙাইবগুম উই। তৌবমকসু চন্দ্রসখী মশক যজে। কুচু লম ঙাম্লিং অদুবু নাতোন নাকথাং পি তাকম অদুম্নাইদা মায়হিং খম্নদি কায়। মমায় পাকপী জাংতু নত্তে। শেঙ্গোই মায়তা লময়োবীনি। মমিং মুংশি। মিংপান থায়ং উইরুম উইরুম তৌই।

মনাতোন তুম্মী। য়াম্নমক চুম্না হায়বা তারবদি, মমায়বুদি তুংয়ানগী শাবাম্না হেম্না কন চোংথোক্লা কজে। নিংত্থ অত্থ মত্থম তায়। মত্থসু কন হেক চোংথোক্লা খিনবা জাৎনি। থবাক কল্লি, শাবান তোংগানে।

চাউবনা থুংলবগা চন্দ্রসখীগী মনাককী মধুস্থদনা চংখিবগা ইকান কাম্নদ্রে। চন্দ্রসখীসু মুংশা খী। চন্দ্রসখী মতোমতা লম-লোংদা লৈগনি লাকউ হাযনা হায়বংদগী মধুস্থদন লাকপনি। অত্থবু অঙ্ক হোৎনবা কমপিউটরনবু অঙ্ক ফল তাদ্রে হায়ত্থনা মীপাই-রুখিদ্রা ?

চন্দ্রসখীগী মনাক য়ৌববা ফাউবা রা মচেৎ অমত্তা ভাঙলমদে। কৈগুম্বা রাখল অমা চপযুংনা থনবগুম উই। অতনবা নত্রগা নাইতোম তাবগী মথশিনবা মমিনা চাউবগী মাইথোং অত্থ ইকা কাহৎলি। চাউবগী মাইথোং অত্থ উরুবগা মেচিনমক ওইত্থনসু চন্দ্রসখীদো মীগুম থবদ দি কিবগুম তৌখি।

চন্দ্রসখীনা নোকমি নোকমি হাযরকই—ঙসিদি পোৎশিংতে। বিবি অমতা থক্কে।

চাউবা কৈস্থ খুমদে। ফুবিৎখাউদগী বিরি মৈখেৎ লোৌথোক্লগা চন্দ্রসখীদা পীরমই। মাঙোন্দা থরায় ইযাও যাওদনা যে লক্ষ্মী। পোৎ অত্থ ঙসাই পুখিবদগী মচী লেঙদ্রি। চাউবনা থনলক্ষ্মী—পোৎসি সুকয়োন যোম্রিবা জাৎনি। হৌজিক্তা যোম্নবা কন্থা ওইবিনিম। ধুস্থদনবুস্থ পুশিনলক্তুনা ভাবনা লীলা বয়া শাগৎলুবগা

M

পাঙ্গল হেনগৎহনখি। কল্লক খম্বনবগী শারবা মুংশাম্বরম্ভ হক্ষং হন্দা মথবাক মম্ভংদা হোনগৎলকই। মখোইদো থিংগা মখৈ শাউ-গৎলম্মী। অদুবু অশিবগী মহৈ তমলক্লুনা হৈনরক্লবা থম্মোয়দুনা কৈ তৌরব্বা ঙমগনি, লায়না ওনদুনা শিখিবা নত্তনা। মা ঙাঙ-খোক্কদবা পুন্নমক পুমতন তনখি। মমায় অদুতংদি ইমক মকশিল্লি। চন্দ্রসখীনা হংলকই —মা লানগা অমতা ঙাঙত্রিবসিবু হকচাং ঙমত্রত্রা, কৈদৌরবগে?

চাউবনা খুম্মী —কৈস্ব তৌদে।

নোকমি নোকমি তৌদুনা মমিং অদু লললপ্পা পা মরক্তগী হঙ্গৎনা য়েংলদুনা হায়রকই —কাগা চাবক্লত্রা? কা চাগেরা?

রাহৎ অদুদা চাউবদি কৈস্ব হরাওবিদে। থৌ মা ফাওবা শাবীদে। মথরায় পান্দবা পাউখুমদা —চারক্লে, চানী৲দে।

অদুদগী তুমিন্না অদুম লৈখি।

চন্দ্রসখীনা শেম শারদুনা মখোলগদু নৌথনা হায়রকই— কৈদৌরগে ইশুক শুকথরিবদুবু য়ুমদা কৈদৌরক্লবগে?

—কৈস্ব তৌদে চৎতুম চৎলসি।

—ঙনলি কৈনো। ঙহাক যোনখিসি কৈদৌরবগে? য়ুমদা ঙস্তা হললগা কৈদৌরুগনি।

চন্দ্রসখীগী থাম্মায়দদি ইফাউ ফাওদনা শেম শাদুনা ঙাঙলকপা মানবা পাউখুমদুদা চাউবগী মখোয়দোদু থোইনা হেন্না শাউগৎ-হনলম্মী।

—পোৎতি শিংতনা কৈগী য়োনদৌরিনো?

খোম খয়া কয়া হায়রকই। থোনকমতুদা চাউবগী মথম্মোয়দ চংদ অমা য়াওখিগুম তৌমাম্লে। চন্দ্রসখীগী মথম্মোয়রত্নখরনক হেন্না কিন্না কাওবকই হৌজিক্তা। চাউবনি-বা মখা তাক্না ঙাওদেদা

নুমিৎ অতুদা য়ায়া শাথীনা চাউবগী থম্মোয়দা, ওংলাবত্থ অমনি চিংনথ্রবত্থ নুমিৎ অতুগী মতুংদা চন্দ্রসখীনা চাউবগা অতুম্ন অমম্ন হিংজোন্দা মেবোক থাম্মিন্নি। খংনদে। চৈনদে। চন্দ্রসখীনা খোংবা চাক চাউবত্থ চায। চন্দ্রসখীনা থাবা ফমু্দা চাউবত্থ হিপ্লি। পিদা নত্তে, চন্দ্রসখীনা চাকথুম চঙবা য়াদখা কালদা চাউবনা চাক থোং-হুনা চন্দ্রসখীবু পীজে।

তৌবদি অনীমক ইহৈ হৈনীংদে। রা ইঙাঙ ঙাঙমদে চন্দ্রসখীনা ফনা ঙাংজে অতুবু চাউবনা খৌ ইশা শাবীদে। চাউবগী নুপা থোক্তবা মচৌসিদা য়ুমগী হুপী মখৈনা চাউববু শাউরম্মী। মচে অনিবৈনা থাজবম্বদি পাউ অসি তাবগা চাউবনা মতুংদা হংখোং চৌহুনা ফুগনি। চৈগনি। রাবক্কনি। অতুবু কৈস্থ তৌদনা মতৈ মনাওনা ইশাউ শাউনদবগুম হিঙ্গাল কোইমিন্নবত্থ উরগা মখায মযামত্নস্ত মমিং মমিং অতু নাবমই।

তৌবমক্তি, কোযথোক্লবগী অমদি রানা থবক চংলুবগী হঞ্জিন্দুনা পোথাগনি হায়বগী নুংঙাইবা মাগী লৈত্রে। মখুমদা হঞ্জিন্নীবা পোক্তে। মতুগা উনগনি, মতুগী মনাক্তা চঙহুনা হিপ্লগনি হায়বগী থোইদাকপা ঈনিল কাদবমে তৌই। শাউনীং-হুনতা লৈ। নাইতোম ইতা তাবগী স্বাভাব অমা মথম্মোয়দা ইফাও ফাওই।

M

ভুবা ঈরা য়াত্রে। সিংকোক-নিংকোক-লাইট। য়ানা চিংনন্নি-বন্নি মায়াক লেনা হায়দোক্তুনা মহৎলগো হায়না নীংতুনা চন্দ্রসখীগী মনাক্তা চত্তুই। হংবা অমদনা তোকই। চন্দ্রসখীগী মশক উয়গা লৌনা পুম্না মনাই চৎলি।

কৈথেল্দা হল্লুরগা রা খা লুপ্পুমা খংলা ঈজা তৌরবদি লৈরগাই শবা শমগত্র হায়রম্মু কি'। পাউবা অসি অমুক মতম লেজিমলাক্কে হৌজিক্তি। খল্লমদা ফাওবা হায়রম্মু মতাই, খবক্তা ওস্থোক্লা কৈথেল মচাক অমদি মাওশিবা হুইরেখ

কৈথেল্দা জুং হৈচা চাদনা চাউবনা হংলুই—চন্দ্রসখী নত্তা ঐগা লৈবসে মুক্তাইরব্রা?

চাউখলি নাইক্তে চাব্রবা য়াৎহন্দুনা চন্দ্রসখীগী খঙলকুনা মামু মু শিবম্মী। অমরোমদতুম খুমখি, জুং চাদবা য়াইহল্লে অঙাং মচা-দৌনা হৌজিকপু হনলিবা কৈগীনো?

চাউবনা শোব লূন্না হায়রকই—অঙাং মচাগীম্বা নত্তে। খঙ নীংতুনা হৎলিবর্মি, নত্রবু ঐ মুৎশিরিব্রা?

হন্দক্তি চন্দ্রসখী খুম্বা ঙম্মদে। হাইফেং য়েংথলগা নোকমি নোকমি তৌবম্মী।

নোৎমগী মুমিদাৎনি।

সাইকল তোংলতুনা চাউবা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেলগী হাইথরকই। মতমত্তু পুং কয়া তারমগদগে খঙদে। মমর্দি মমলে। থাশিবম্বা তাই, থা থোক্তে। য়াম্না শাথীনা মম্বদি নত্তে। শক তশেৎ তশেৎ

খঙত্রবত্থু মশক মশাদি উবা ঙম্মী। য়ায়া মুন্না খঙনবা মীওইদি শক খঙই। নাউরেমখোং হোটেলদগী চা গিলাস অমত্তা থক্লুখিগে হায়না ময়ুম মপা হেন্দোক্না গাডী খোঁদয়কই।

লৈরক অমনবা অমগী মচিন অমগী থজিক্তুং হাইজিনবা মফমদা মুপী অমগা মুপা অমগা চিক্না য়ারী শারম্মী। মুপী অহুম্মী শাবান উবদা মশক খঙবগুম ভৌই। মুপাহুত্থু খঙগুম ভৌই। মুপা অহ্থু মথিক নেম্মী। খোংগ্রাউ অমুবা উপ্পামায়গী মুরিং অঙৌবহুদা মউই। ইচিং চিংনরহুনা থবা চংথোক্লগা সাইকলদগী কুমথরগা লোয়া য়েংই। মুপীহুগা মুপাহুগাদি চাউবনা চংথিবহু খঙহৌদে।

কৈ কৈ ভাঙনরিবনো হায়বদি তাদে। ঙৈহাক লৈরগা নপো-হুনা লৈরক অমনবহুদা চঙগ্রে, নুপীহুনা সোরোকলোমদা খোরক্লুনা মমাঙলোমদা হাইগংলক্রে।

চাউবা তনহন হনলকই। লৈরক্তা মুপী অমা চংলম্মী। চাউবনা হংলকই —চন্দ্রসখীরা?

—অং, মাম্নি। কৈদৌরে অহুম হায়না কৌরিদি? চন্দ্রসখী মথম্মোয় মনুঙদা থক্কংলি।

চাউবনা কনলপ্পা হায়রকই —কদাই চংলুই?

—খোংনাংখোং চংলুই।

খোংনাংখোংদা চংলুদনা চুমথ্রিং চংথিবহু চাউবনা উথি। নঙ খোংনাংখোং চঙদে, মধুসূদনগা য়ারী শারুবা নত্রা হায়না চৈহৎ-নিংবনি। মথরায় প্রোক প্রোক চাক্না ভাঙথোকপা ঙমদনা তুমিন্না লৈথি।

M

—চাক চানীংদে ঐগী চাক হাপকন্ন।

হায়রম্লগা ময়ুম হেক চঙলকপগা মফি ময়োল হোংদোক্লুনা চাউবা কমুংদা চঙখি।

মহাক মশামক অয়ম্বা মুপা অমা ওইরে হায়বা চাউবা মশাম্ন খঙজে। মানা চৎলিবা লমচৎ অদু খঙলে হায়না ফুত্নুনা চন্দ্রসখীবু তাম্মোকপ্রসিল্লা হায়না খনলম্মী। রা রা তৌদুনা খৎনগদবত্নু অমুক কিরম্মী। মঙদা পাঙ্গল থোকপা ইঙম ঙমদবদুগা চপ মান্নে। মাম্নু মানা থোকপা ঐসু ঐনা থোকপা অম্নুম হিংনবা হায়বদুনি হায়না প'লৈ লৈথোক্লসিল্লা হায়না অমুক খল্লি। মতম শাংনা লোনলক্লবা য়োৎকী শো লোনলিবা শারং অদুবুদি থুদেক্লুনা মপান থোকপা ঙম্মদে।

সিমদি হায়নী ই —পুক্লি গী অরাবা, পেন্দবা কযা লৈরবসু মৈতৈদি ফোঙদোকপা হৈনদে। অবাইবা থবক্তদনি বহাদুর শাবিবদি।

তুমদি তুম্মদে। কাংথল মনুংদা হিগুনা ফুল্লিবা শোর মরিন হোনবা ফইনা ফইনা শাংনা শাংনা হোন্নবা লাক্লরি। চাউবনা অদুম্মা তৌবদু উরগা চন্দ্রসখীসু মুংশাদি থীরম্মী। রা মচেৎ অমতা ঙাঙদনা চাক থোংদুনা লৈ। চাউবনা থকপদা বিরি মপুল অমা লোইরে। মকোক মরু, মশম অদু খ্রো খ্রো খোৎতুনা থাঙবগুম তৌই।

অম্নুম্মা তম্বা য়াদনা কমুংদা লৈরকপসি ফনা থেঙলক্লে। ফোঙদোকপা ঙমদবগী, ঙাওথোকপা ঙমদবগী মখোইদোদু প্রোক

প্রোক চাকথেক্লমী। মচুনা মকা ভাওনাইরবী মতৌ মমাঙ থংনরে হায়বদু লৈকাই মনার মমাঙদা ঊকাই।

চাক লোইরে। চন্দ্রসখীনা হায়রকই —চাকশি ভাংদ্রবনা চায়রোইদ্রা ?

চাউবা কৈন্দু খুঠেক্ত। চন্দ্রসখীনা অমুক্তা হৌরকই —চাকশি থজিত্তা কাওবা চায়রোইদ্রা ? নশা ভাংথোক্রা কৈদৌরবগে ?

চাউবনা পোম কয়া হায়রকই —নও চারোগ নও চারো।

ওসিদি মতামশি হায়দুনা কিকোই কৈরোবীই চন্দ্রসখী রা মথা আদনা চাক চারে। মাদু থওবগুম তৌই। লুথাক চগুম লোইশিন খোমজিনলগা কৈন্থু শোগুম্বা শারদুনা মপুরোইবনী মনাক্তা চঙ-লকই। কাংথন হাইদোক্কুনা হায়রকই —কৈদৌরগে মায়দ্রা নত্তু ?

চাউবনা থংলাউ লাউরকই —তুমচুম তুম্লো। নাদে নাদে। চংলো চংলো চংলো। চবেং চবেং ভাওনরদু ভামীংদে।

চন্দ্রসখীসু হেনজিনলমদ্রে মকমুংদা চওতুনা হীপখি। চন্দ্রসখীসু পাক্ত তুমথবা য়াগ্রে। আথৌনবী মিবাং কয়াদা কোময়ং চংলমী।

চাউবা তুমবা মুকয়া য়ায়নবদনী কবদা মতমদা তুমথখিবলো থওদে।

চন্দ্রসখীনা তুমিন্না লৈরী। চাউবমা য়ায়া শাউনা ভাওদি। য়ামা ভারিবা বারী থেংমখিবা উথিবা থোইজোকপিং মবং মথং পুথোক্কুনা ভাওদি, বাকমসি চুম্মি চুমদে হায়য়ু হায়না তরুমী। চন্দ্রসখীনা কৈন্থুমতা শুমদে। থোইদোকপা মিলাইবা মমলা থীবা অমদি ঈকাইবনী মসিদি উদে। চাউবনা মথা থক থক থীরা

শাউরতুনা চন্দ্রসখীগী মশাম খুদাং লেংতুনা চিংথুরগী থোংগাল্দা কাউথুরম্মী ।

চন্দ্রসখীদা মীনা হায়রিংবা পুম্বা অথাকপা লৈতন্না ঙাউথোক্লে । শাথানিংঙু যুরম্মী । খীনা খীনা চৈরম্মী অতুনগী চন্দ্রসখীদা মাগী খাইনগ্রে ।

অতিয়া অদু ইশুং শংলম্মী । শেংত্রিক শেংঙি । অথাপ অথাপ্পা মফমদা মরক মরক্তা লৈচিনগী অংগৌবা মফোন থরঙু কোইপাই পাইরি । য়াম্না রাংনা উমাইবী অমা অনীঙু মশা থন্তুনা উইথ উইথ পাইদুনা মনীং তম্না তম্না শামরি । ঈংতকপা মুংশিংনা তপ্পা তপ্পা শিংলি । কাক চোতামচিংবা চেক্লানা মশা চাউখৎপ চাউখৎপ খৎলনা মশা খীংনা কোইপাই পাইরি । মকমসিদা চৎপদা হৃকচাং তেকথংলি ।

হাযদোকহৌদবা ফোংদোকহৌদবা রাকম অমতা চাউবদা লৈহৌদ্রে । মশা অদু রাই ইশং শংলে । মফি মরোল নাম্না শেংলদুনা চাউবঙু রাকিং চংলি । মুংশিংনা তপ্পা তপ্পা মশাদা ঙাথেংবদা মশাদু শিরুম নারুমঙবদগী হিংগৎলম্মী । মশাদা অপুনবা অমতা লৈতবগুম থৌনা মখল অমা লাকুনা মশাদু শেংলবা ঈনা ঙাংশং ঙাংনা চেনলক্লবোই নীংই । মতমদুদা মশাগী নীংতমজবগী মুংঙাইবদু মথম্মোয়দা ফাওরক্লমই । মমায়দু মোমোন নোক্তনা কোইচং চংলম্মী ।★

মিংকপ থোরকপদা ফাইবেন থাগী অয়ুকী মুমিং মঙালনা মেঙনা চঙলকপদু চাউবনা থেংনরম্মী । অহিংবা সংসারদা লৈরুবদু

ঙরাং অহিংনী নোংঙানলমদাইদা ঙৈহাক্তং মঙখিবা মঙনি হান্নবা খঙলকই। অমেঙবা হুমিংকী মঙাল অহু য়াকশিনলকপা খঙহৌদ্রে। মশা অহু খংশোন শোম্বখি। মখোইদোহু প্রোক প্রোক খেক্লা শাউখৎলকই। হমাংনা ফুৎলবা, লৈনিন কান্নবা ওমচাক্লরবা হান্নগী কাখুহৃদা চংখি। থায়নদগী হাংদোকপা ঙমলক্ত্রবা ৱাইখু শোহু খন্না চেৎনা অমুকা লোনশিনখি।

হুমিংকী মঙালগা লোয়ননা অইংবা হুংশিংনা তপ্না তপ্না চঙ-লকই। ঙৈহাক তুমিন্না লৈরন্নগা তম্বরকপগা শাউনীংবগা য়ান্নহুনা শোর যুন্না শাংনা হোন্দোক্লন্নগা কমপোন্ননা মমায় মমিংতু ফিক্লক খুমজিন্দুনা ফক্লাংলোমদা ওনশিন্দুনা অমুক তুমশিনখি।



N

# খঙবা ঙম্নদবা

অন্নাংগী ইনে তম্ফামা ঙসাই অহূক ঙন্না লাক্লুম্না হায়রম্মী—"ইবেম্মা সনা, মচনগী পোৎয়েংম্নসি তৈহোত্তুংদি লেঙবিন্নু হায়বন্নু কম্নি খনবগে ?" ঙম্নাং ঙহাম্নগী হায়রক্লবমি।

ঐনা খুম্মী— "চৎতদি কৈনো। ইচনগীন্নু চৎজবা ম্নাত্রা, চৎকনি চৎকনি।" ইনে তম্ফানা হবাওজখম্মী। অহুগা মখা তাথ-রকই—" পোৎকা পুগদবা নত্তে। চুম্নতা লেঙবিগদবনি। ঙন্না থোম্নাং লোইসিকো।"

ঐনা—"কবিগী পোৎ পুবোইদগে ? পোৎ পুদনা চৎপদি ইকাইজৈ। অহু পোৎ কয়াম পুদোরিবনো ?"

"খঙদেদা, নিফুমুক্তি শুগদ্রা খল্লি।"

"এ চাউনা ভৌবিপোৎনিনা।"

"অহু ইনে চৎলগে। ঙন্না থোবাং লোইয়ুকো। চৎলে চৎলে।"

ঙাঙনা ঙাঙনা ইনে তম্ফা চৎখি।

ঙবাং হুমিদাং ঐগী মুপাগা মমাম্নবা অমগা ঈশ্বব লৈ লৈতে হায়বগী মরমদা মরৈ যেৎনখি। মহু ঐহু তারম্মী। ঐগী মুপাদি ঈশ্বর লৈ হায়না কম্না য়েৎপগা লোইননা ঈশ্বরদা অচেৎপা থাজবা থম্না ম্না ঙাঙলম্মী। মীওহবগী পুন্সি অমদি মপোক অসি মতৎ নত্তে,

মশাংনি হায়। পুন্সিগী মতাংময়াম অসিগী থবকশিংগা মীওইবগী ওইরি ওইরিবা অন্না হুংঙাইগী ফিভমগা মরী লৈননবা শীনলিবন্থু ঈশ্বরনি। ঈশ্বর লৈরমত্তবদি হক্লা হুংশিন্নবগী, কল্লা শু নোম্বগী, অচুম্বা চৎপগী অর্থ লৈরমলোই হায়না খুদম চাংদম কয়া কযা পী পীন্থুনা ঙাওখি ঐগী মুপানা। মাগী মমান্নবত্থুগী ৱাথলদি ঈশ্বরদা থাজবা হায়বসি অশোনবা পুক্লিংবু থেমজিনজবনি। মীওইবা হায়বসি মতৌমতনা মপূম পূমফা ফারবা পূমলোই লোইরবা, মশানা মশাগী দায়িত্ব পুংদবা অমনি হায়"। ঈশ্বর লৈতে হায়বগী খুদম চাংদম কয়া পীথুনা মবৈ য়েংখি। অত্থুবু মাগী মরৈ অত্থুদা ঐনা ভাব তাদবা কযামরুম লৈখি, অত্থুগা, ঐগী মুপাগী ৱাত্থুদি ঐ ভাব যাম্না তাই অমস্থু য়াম্না যানীংঙি।

মখোয় অনীনা যেৎনখিবা মবৈ অত্থু তাবিঙৈত্থুদি ববিস্থু থোইনা থনলুদে। ইনে তম্ফানা মাগী মচানুপীগী পোৎয়েৎবা চৎলুসি হৌববা অসিদা মবৈ অত্থু নীংশিংলকই। ঐগী মুপাগী মতপু হেন্না য়ানীং-লকই। হিংবগী কান্নবত্থু উবকই।

হাকুম ফাইরেন্দা ইনে তম্ফাগী মচানুপী থম্বালশংবী ময়ুম পান-খিবনি, মসিগী মমাঙ ফাওবদি মা ঐখোয়গা যুমলোন্নরম্মী। হৌজিক মতাক মচানুপা অমা পোকলে। অঙাং উনবদা চিংনবদগী হোসপিটালদা পোকপা তাখি। থম্বালশংবীগী মপুরোইবত্থু শিল-চবদগীনি। হৌজিক্তি ৱাংথৈদা ইংখোল লৈত্থুনা ময়ুম মকৈ শারে। য়াম্না ইনাক খুল্লি। লুহোংবত্থুস্থু চেনলগা মুপাময়ুমদা অত্থুম

N

হোঙবনি। হুপাহ্ থ্বাইরম্বন্দগী অরাং হুকান্দা থুম থাউ য়োনফম য়াম্না চাউনা ফমলি। অহল্লদি থবা ওইরে, চহী ৪০ গী বয়সনি। মপোকওঙী মুখীদি অমুক্তা থিত্রি হায়। থাজসিন্না?

ওসিদি থম্বালশংবী মরাইবক ফঞ্জে। অঙাং উনবদা কনাগুম্বা অমনা পাক লৈবা ফংনত্রবা নোংমদা লুপা তরা তরা পীহ্লনা শিপসিয়েল ৱার্ডতা ওন্সি ফাওবা লৈরকলি। অহানবমক্তদা মচাম্নুপা অমা পোকপহ্লনদি মপুরোইবনা, মনেম মকুনা লুনা ভৌবা হায়বহ্লদা লোইরে। মচাহুন্থ কয়া চাউঞ্জে। মশম্মা মশম ফরিবা, মুন্থুক হেক মুরহ্লনা লেং লেং চংলি। কয়াদি মুংশিরে, ঙৌরোক হেক ঙৌরহ্লনা পুপ পুপ লাউরহ্লনা ঙরাংদা পোকলিবা অঙাংদো থা অমা অনী গুরবা অঙা হু মঙায় চাউরিবা।

থম্বালশংবীনা চানীংবদা পীজে। হিদাক লিকলি, থক্লবা চানবা কয়ানা ইথন হেক থল্লি ফম্মুং মনাক্কী উপুহ্। মনেম লাকই হংলৈ —করি চানীংঙি, মকু লাকই, মী থাজিন্দুনা হংহল্লি —করি চানীংঙি? মপুরোইবা লাকই অচা অথক লৈহ্লনা পুবকই, অহ্লদস্থ নত্তনা হংঙি —নশাহু কবি তৌই, করি চানীংঙি?

ইনে তম্ফানা হোশপিটালদগী হনলকপগা নোকচরহ্লনা মচাগী ৱাবী শারে। মচাগী মুংঙাইবহ্ উরগা হরাওজ্ঞে মমানা। মুমিৎ মঙালনা মখোয়গী পুন্সিদা ঙাম্মা থোরকপাসিদা ঐস্থ মুংঙাই। মতম অমগী মখোয়গী পুন্সিদি অৱাবগী মশকনি। অকিবনি মুমিৎ থোক্তবা অমম্বনি।

চৈঙ য়াম্না তাঙবা মওঅমনি। কৌ শংবাইদা লুপা ৫০/- হৈনত্রে। মীওইবগী থরায় শুইরিবা কৌদা শামাক তম্মলকপা অসিদা মী পুম্নমক্ক বাবনা কেং কেং হাইরম্মী। কৌগী মমল তাঙ-লকপদা অতৈ পোৎকী মমলশু জর জর হেনগৎলকই।

থম্বালশংবী খোঙৈগী ইমুংগী মী তঙ্ককনি। মমা তক্ক, মৌশম্বা অহুম পীশক পীশক তাক্তা চহী তরা শুরবা অমা, চহী তরানিথোই শুরবা অমা চহী মরিদা ওায়রিবা অমা, মনাওহুপী চহী তরেৎকা শুরবী অমা অহুগা মশাগী চহী তবাঙ্গা।

কৌ শংবাই অমনা মথোয় ইমুংদা হুমিং তরেৎনিদা চানে। তম্ফা লুখ্রাদি নত্তে, অহুবু লুখ্রাগুমলে। মাগী শুপাহু কঁরি চীংদানা খঙদে থবক শুবা চংখিবদগী পৈশাশু পীবক্তবা, থোকশু থোবক্তবা চহী ফারক্কদোরে। হাকুম মানা থোরকপদা মীথোলহৌবনি। মীনা হায়নববু চীংগী লৈশাবী অমহুম লোহুনা লৈত্রে হায়। মানা চংলগে ইম্ফালদা থোকজুখিগে হায়বগা চীংগী লুপীহুনা পংকপ্তা কপ্লি হায়। হৌজিক্তি মচা পীশক পীশকশিংহু তম্ফানা ইসাং নাপী যোম্লগা থাকলি, পোৎ মতাংসিগা।

তম্ফানা কৈথেন থোকলিঙৈদদি খবা মফরম্মী। মবুক শোরো শোবো চিংমা চিংনা হৈ হৈ লাউবা মখৈ লুথোং পুহুনা কৈথেন থোক্লম্বনি। হিংবগী চৈরাকতো থাংলম্বনি। অহুবু ঙসি মঙানি তককনি ফারে, কৈথেল থোকখিদবা, চৈরাক্তি লোইখিবা নত্তে, থা শুজিনলক্লবদা মশা লুম্বনা খোঙ থাংবা ঙমদ্রহুনা ইমুং মাঙ্গোন্দগী

N

হেন্দবনি হিংবগী চৈরাক্তি মুংতিগী ফংলি। চরা হেল্লিং মচাশিংগী চানীং থকনীংবগী মৈচাক য়েংনা য়েংনা হিংলি। থম্বালশংবীসু থবক অমতা গুদে। থবক গুনিংডি হায়তুনসু গুরুবা ডনদে, মরমদি লল্লোন শেল লৈতে, খুৎশু খুংলাই লৈতে। বুদ্ধি লৌশিং পুন্নমক ইকক ফকচিনলি।

থম্বালশংবী অসি ইচোক চোকথনা উই। মশাতু ইহৈ হৈনীং-দনা উই। ঐনা হংডি —মেম্মা, নংবু নশা ডমদরা ?

থম্বালশংবীনা ঐঙোন্দা থক মীনশ্বা ডমদে। ঐনা মাবু লুনা চান্না তৌই। ঐগী ফি ফনেকনচিংবা কযাসু মাগী লৈজদবতু উদুনা ঐনা মাঙোন্দা পীবি। মানসু ঐগী ইতে হেক হেক পাংবি।

ঐনা যুম পানলকপা নৌবিংদা নোংমা থম্বালশংবীসি উখি। মশম মনা ইফা ফাই। যনেক শেগাইরবা অমা শেংলি, ফুরিং মতৎ শেগাইবা অমা শিংলি ফি ইন্দে। ঐদি মাবু অংাওবী ওই-রবাই নীংলুরে। থম্বালশংবীনা ঐঙোন্দা হেক হেক হায —ইনম্মা, ঐদি নঙসে ওন্থোক্লা লুংশিজখে।

ডসাইগী ঐগী ব্রাহ্মংতুদা মনা হায়দোবকই— "ইকাইদা। চাবোই চাদবোই লৈবকপসি ফুইববনি। অঙাংনখৈ থরা থবা পীজরগা ইমাগা ঐগা চবা হেনশকপা গুসি নিনি ফাবে।"

ইনম্মা, ইকাইবদা, হাযমন্দুনা ইক ইবে। ইনম্মনা ঐখোযদা তৌংবিবিবসি কনানা তৌবিগনি, সিদা হাযবা ডমদ্রশনি।

ঐনা শাউনা হায়— ইবেম্মা, নবক খিৎ ফৎমন্দে। গুমিৎ অতুদগী থম্বালশংবী খোইগী ঐনা ডবা চাক থরা থবা থাক্লুনা

পীরম্মী। করিগুম্বা মতমদা থম্বালশংবীবু ঐখোন্দা কৌহুনা পীজে। করিগুম্বদনা অঙাংশিংগী মরক্তা অমমম অনী অনী কৌরগনু পীজে।

ঐনা মেগুগদবা কোন থম্বালশংবীনা হেক্তা ফেঙ্গাকখি, ঐনা তৈগদবা ৰাই মানা হেক্তা তৈখি। মখোয়গী অঙাংশিংনু ঐখোযদা শুক শুক নৈহুনা লৈবে। ঐনা পাখোল হায়বদা হন্নাও হৱাও যাই।

মতম অহু ঐখোয়নু পংনু, নুংঙাইত্রি। য়ুমপানবা হৌগৎ-লকপদা মঙার্যবি। মতম অহুদা ঐগী নুপাগী তলবনু লুপা ৩০০/ ওনি। অহুনা য়াম্না কোম্না পানবা হায়বহু ওইবমদে।

নো মা।

ৎসাই থম্বালশংবীগী মৌপন্না রতন য়াম্না কপখি। থম্বালশংবী লাকপদা ঐনা হংঙি — মেগ্না, বতননা অহুক যাম্না কপ্লিবহু কবিগীনো ?

থম্বালশংবীনা তৌফম খৎদনা খুম্মী — খঙদেদা ইনম্মা।

খংহন্নী দ্রমাগ্ন হাযহুনা মখা ঐনু তাগ্রে। ৈঙহাক লৈবগা থম্বানশংবীনা মতোমতা হাযদোবকই — "ইনম্মা, মী খাইনদি ঐখোযগী অঙাংশিংগস চাবা যজদে হ যবিবা। চাবা ফংদ্রবন্দিনা ভমুক্ত যংবহুদদি কনামত্তা পীজনাংদ্রে। মতোমতা চানীংলে। বতন্দো ঙসাই তাংক ওন্তা শীং চনবা চৎলুবনি, মাগী চাকনি হাযহুনা চযুদা খবদং খাক্তুনা থম্বহু মেমচানা ভুমিম্না চাথাক্রবমান্নে, অহুদদি বতনা ৰানা হনলরগদি চানীংঙাই লৈত্রবহুদা কপলিবনি।"

হাযবিবসি অশেংবনি। মখোযগী মচিন মৌপন্বাশিং অসি

অমনা অমবু পীজনীংদে। অফং অকংবা ফংলীজৈদা লোইনা চাথোকনৈ। অমদা সিমা চাওঃ সিমা নয়াম্বদা, ননাওদা পীজো হায়না অচাপোৎ অমতং পীবদা পীগে হায়না পুন্থগা পীজদনা, মানা চাথোকপসি হেক হেক তৌই। মসিদা ঐখোয় ময়ামনা মখোয় মচিন মনাওশিং অসিদি চাবা ফজদে, মচিন মনাও ফাওবা পীজনীংদে হায়না হেক হেক চৈবী।

চাক চারক্তবা নিনি হুমনি শুরে হায়বা তাতুনা ঐনা চাক পুথন অমা পীরুই। মমা মচা মখোয় চাগদবগী ইবাং লাং-নহৌই। ঐনা যুমদা যৌবরুবা ঙৈহাক চৈবা মতুংদা অঙাং নুপামচা বোমনীনা যাম্ন' শাথীনা হৌনা কপ্পকপা তায়। কোম্মংদা খঙলকই — মমানা ওক্তহনা বোমনীগী চাক শরুক্তগী খরা লৌ রুবদগী মপুক থনলবোই হাযনা পাখৎতুনা ও খোংনা কপখিবনি।

পৈশা খবা খবা পুশিনলক্লম্বা মমাস্থ খা শুজিনলকপদগী কৈথন থোকখিদ্রে। মশা নুমলিবনি হাযতুনা তৌরিবা নুপীজুস্থ চাদবনা যেংবদা ফিভম অমা কায়বে। হৌজিকসিদি মরী মতা, মরুপ মশাং পূম্বস্থ মাগী মাগী হকচাংতা হিংনা থন্নবা হোৎনবদা অতোপ্পগী যেংনবা ঙয়দ্রে। অতুবু মবক মবক্তা লৈকাইগী মীনা মরী মতানা খরা পীববনি। অতুবু লাইববা অমবু ইনাকখুনবা তবানা শোগৎপা ংমদে হাযবতুনি। তৌবগীদি ঙহান নোংমস্থ লাইশ্রমগী ইন্দ্রান্না চাক থবস্থ খিনলকপনি।

অমুকস্থ বতন্দং হিক হিক লাউনা যান্না কপখি। ঐনা বতনগীনি হাযতুনা চাক খবা পীখি, মানা শীং চনবা হনলরগা

চাজনবা হায়ত্তুনা। রতননা শীং চনবা চংলিনি তৌরিবসি মী খ্বাইগী ওইববদি শীং চনবা চংপা য়াবা মতম নত্রি। চৌ ব থোংত্তুনা য়োকপা যাবিবা অত্তাংমচা পীশকনি। অত্তুবু রতনদি চাক চাবোই চাদবোই চংখ্রিবনি, বদাইদগীনো ঐস্থু বতননা শীং চনবা হনলকপদা মাগী চাক পীথিবনি হায়না কোক হেক তমলুবে। অত্তুদগীদি ময়ুমদা চংঙগা মমাদা চাক চাগে হাযব্বদা মমানা চাথোবগ্রে হাযনা বপখিবনি। মত্তু তংবদা ঐস্থু শাউনীংখি অত্তুগা খনখি — কবদ্ধা মমানো ঙমখ্রেদা। মচা পীশক অসিনা চাবোই চাদবোই শীং চনবা চংখ্রিবত্তুগী খাকপীগেদি হাযদ্রত্তুনা মানা মথীবে, চাথোকলিবসিবো ঙমমনখ্রে, ত্তংশিদে।

থম্বালশংবীগী মমা তম্ফাবু য়াবা মী লৈতে। মাবু ত্তংশিবা মী যাওদে। মওং মতৌস্থু কৈদা অমনি। মচা মগু চৈবদা অকামপেৎনা ব্বাই চাই, লাউ খোংত্তুনা চৈ, মীঙোম্দা অমুক্তা ত্তংশিনবা হাযব্দে। স্তমিং চুপ্পগী মচা পীশক পীশক্তু কোইথা থাত্তুনা মোবোক থবদা পীয, অতোংগা অমতা পীযু থুম লৈত্রা খিত্তা পীযু, চেঙ থজিক্তা পীযু হাযহল্লি। মা অহলনা চংতুনা নীংথিনা ঙাওনা খোংনব্বগী ব্বা তৌদে। বন্দগস্থু ব্বারী শাদে। ঙমদ্রবনি গতি লৈত্রবনি, হাযত্তুনা ক্ষমু দা তূমত্তনত্তা লৈ। মচাশিংনা পোৎ পীযু হাযব্বদা তশেং চশেংনা লেচত্তুনা লৈতে হায়রুবগস্থু মনা লেকাইসিগী মীসে অযবা য়াঙদে হায়না ঙাও শকই।

নোংমদি ইনে তম্ফানা ঐগীদা লাক্লগা কণ্ঠনা রারী শাব্রে —থম্বালশংবীগী মপা কৌথোক্লবা হোৎনরি, মপুবোইবা থোরক্লগা মপামদা মা শোয়দনা চৎলনি হায়। অহুলগী মখা তাই—"ময়াম্না তৌবিরিবসি, ময়ামগীদি ফরিবনি। ঐতনি ময়ামগী লম্মন তোনশল্লবনি। হয়েংমুক্কী মপোক্কীদমক ময়ামদি দান্ তৌরিবনি। ঐনা হয়েং মপোক্কীদমক তোনশিল্লবনি, পুশিল্লিবনি ঐতনি মাঙজরিবা।"

ঐনা তুমিন্না তারি। ইনে তম্ফানা মপি অর অর শিম্বনা কপলি। অতুগা মখা তানা হায়রকই "—ইচাশিং অসিগীসু ঐদি দোষ পুরগদবনি মবুক থন্না পীজবদি লাইরদনা নিনি ফানা থংনা থংননা পীজবা ফাও ঙমদ্রে। মীনদি চাউজম থী হায়রিবা, ইচাশিংসি পীজরবদি খরসু চাউগদবনি। অতুবু পীজদ্রবনিনা চাউবা হেন্দবা মযেক্না তাবমি। শেম্বীরবদি ফবসু ময়াওবা য়াই। অতুবু শেম্বীদ্রবনিনা ফদ্রে। করিসু খঙজদ্রিবা ইচা পিশক পিশকশিংদা যুবিবগা চৈবিকগা লোইরে। ইচা হাযবতু হযেংমপোক্কদি ইমিংতসু উরবোই। মপোক থীগ্রবা মপোক্নি।

সুমিৎ অহুসু হুমনি চরা হেনলকলে। চা অঙাংবগা চিনি অঙাংবগা কোৎতং তৌহুনা লেনলকপদগী অঙাংশিংহু হৌগৎপা ঙমহৌদ্রে হায়রম্মী। চুম্মী, ঙসি মথোয়গী অঙাং অমত্তা চৎথোরকপা উদে। থম্বালশংবীসু চৎথোবক্তবা ঙসি নিনি কারে। ঐনা চেঙ মেরুক অনীথক্কা অলু খবগা পীখি।

মেমচানা নোংমা মখা থংবগী মীগী ইংথোন্দা চঙহুনা তুমিন্না

থামেন থরগা মোরোক খুবামমুক্তা হেকতোক্লুনা থম্মই হায়ত্থুনা মথা থংবগী ইমুংনা য়াম্না থীনা চৈ থাংলন্মী ভৌওম্নী হুরানবী হায়না চৈবিরম্মী। ঐনা খনখি—মমাগা ইন্দাং য়োনমিন্নবা মমাগী মমান্নবদা পীরগা পৈশা থরদং ফংনবা হুরানলুবস্থু ওইরম্বা য়াই।

থম্বালশংবীদা ঐনা মরক মরক্তা হায় —"মেম্মা, নও নয়ুমত্থম পাল্লোইহে।" মা কৈস্থু খুমদে। কুৎলবা মিৎস্নাদা মোমোন্দং নোকই। তাইফেৎ তাইরবা বুচুদো মালংদা তাউঙ্খি। ঐনা অমুক হায়— "মফম মরা, খওদনগদি চেনখি লাকখিস্থু। নঙোন্দা কোয়বা হায়বা মুপা মখৈ ঐঙোন্দা লোইনা তাক্লদবনি।"

থম্বালশংবীনা তুমিন্না ভাই। ঙৈহাক লৈরগা হায়রকই— "ইনম্মা শিখিবনবু ফবেদা। ঙসিদ, চরা হেনন্গা হয়েংদি শোইদনা চাগনি হায়বগী ব্রা নত্তেদো, ঙসিদি মীনা পীরক্লুনা চারে, হয়েংদি হায়না খল্লুবদা ইতন তনলি।"

অচুম্বনি মানা হায়রিবসি। মখোযগী পুন্সিসিবু ছিংবদা মতিক চারিব্রা? পোকপগী কান্নরিবসিবু করিনো?

থম্বালশংবীখোইগী অঙাংমথৈস্থু বুচু কুমেন থোক্তে, তাইফেৎ তাই। মবুক ইশিং শিংলি। মমিৎ ইকুৎ কুৎলি, তরাও তরাওই। মপাম্বোম পীশক পীশক পীকই। মফনেক মফেক্তোম ইথোক থোকই। অনাবা লোইনা মাল্লি। নীংভাইনা ফত্রিবা মুমিৎচুপ্পগী থংনৈ চৈনৈ ফুনৈ।

কছারদগী থোবক্লুনা মণিপুরদা শৈরবা মৈতৈনি চন্দ্র। ইনাক-

খুন্নিং হুংঙাইজক্কনি হায়দুনা ময়াম চঙদুনা থম্বালশংবীবু মযুম পানহনখি। হুমিদাং অমা ইখঙ খঙহৌদনা চেনহনখি।

অতুদগী অকিবা শক্তমশিং অতু থরা কখি। অঙানবা মঙাল শন্দোরক্লবনি, নোংঙানবগা অন্না ওইগ্রে হুমিং থোরক্লে।

থম্বালশংবী মতোমতা নক্রে মপুক থনবা। মপামদস্থ চরা হেনলক্তবদা নত্তনা ফৌ খিনগ্রে। শীং পুম্না লৈশিনখরে। কুম অমগী ফৌ গাড়ি অহুম মরি শীং। টাটা গাড়ি অমা। সিদা নত্তেং থুম থাউগী হুকান চাউনা কমলিবনি—হরাই চেংমাই থুম থাউ পুম্না পুম্না খিল্লে। অঙা, পুন্নমক কুচু কুমেন থোক্লে, ইনে তক্ষাস্থ মবুক মপাউ ইংগ্রে, খাইগী খুন্নাইগী মী ওইগ্রে মশকস্থ ফজগ্রে, অহিংবা মাল্লে হৌজিক্তি। অঙাংশিংস্থ মখুৎ মশা শাংখিগ্রে। মপোক অমা পোকগ্রে।

মসিন্নিদনা মীওইবগী মপোক। মসিনিদনা পুন্সি হায়ববু।

ঙসিদি ষষ্ঠি পুজা চাউনা শোনগদৌরি। লীলাগস্থ তৌপ-দৌবি মীগী মমাঙদা চোপ্না য়াদ্দ হায়দুনা মপামদা পৈশাম্নুংশা পীরক্তুনা পোৎয়ে়স্থ চাউনা চংকদৌরি। হুংঙাইজসহু। থম্বালশংবীনা হুংঙাইবদো য়েংনীংবনি। মীবু রাদুনঙাক লৈবা য়াব্রা ? সিনিদনা হিংবা হায়ববু।

অস্থম্না হঙ্গৎনা য়েংলিঙৈদা ইনে তক্ষা অমুক হাখু হাখু চেল্লক্লে। হায়রে— "ইবেম্মা সনা, লুকমাই কুপ্না য়াবা ফি ফজবা করম করম্বা লৈবগে ?"

—"লৈগনি ইনে য়েংশি।"

অম্বারিদগী ফি লৌথোক্লুনা য়েংমিম্মে। ঐনা হায়— "ইনেং ওহান চংল্লুবদদি মাবু মশা ইস্লুং হুংগাইহৌদে। মাবু কুম্ব্রঙ্গা ?

—মশাদি কোম্না কুম্বা তারে। অঙাংদমক পুথরগা শোনবা তারে। মাগী মশাসি করিনো বেয়া অমা লৌরি হায়। ওহানস্থ ঈ য়াম্না হাথস্রে।

ঐনা— করিগীনো অহুদি।

ইনেনা ফিশিংহু শেগাদা য়েপশিনলগা হায়— "থঙজে মাগীসি বেরা থম্না তৌগদৌরিমায়ে। মহোই ইস্বুংঙোনা অম্মুক ওস্তাদগী ডাক্টরশিংগদি য়াম্না ভামথি। হায়লা হায়লা ইনে তম্ফা চংথি।

হুংথিল পুং অমী মথায়মুক তারে। য়াম্না ভল্লি। কালেনমি। হোসপিটালদগী ইনে তম্ফাবু কৌবে। ইনেহু হাথু হাথু চংথি।

ওং অম্বাবনি। কল্লি পাঙজনো ভাম্নিবম্নিবু। ডাক্তরশংদগী থবাগলশংকীস্থ শিঙ্গুনা পুথত্রে হায়না পাঙ্গ ত্মাকই।

ইনেহু হৌজক্তে। ইনেগী যুমদক্তা পোৎয়েংবগী পোৎ-চৈ থৌরাং তোইজুনা লৌরি।

তৌরিবক্তিবু কম্নি হায়বম্নো !

অস।

***

# অহোঙ্বা পুন্সি

আবত্তি ব্রজরাজ নন্দকুমার
গাওত ব্রজবধু আনন্দ বিহরে ॥

হিদান অতুগী ফম্মাংদা মচা মগু, মবীমতা, মরূপ মপাংশিংনা তুমিন তুমিন ফমলি, মমিং মমিংতদি পি ক্সিন্থবি। ইনে মাধেনা হিদাক্তা হিপ্তুবা মমিং উইশিন্দুনা সন্ধ্যার্ভিমী ঈশৈনি শরুলি। হিদান অসি ইনে রাধেগী শিবমলাইমী ফম্মূংনি। ঐখোয় খুদিং লোইনা খুঙনরমনি ইনে মাধে য়ান্নরোই, অরোইবা মতম হায়বদো লাক্লে। মতমগী রাখ্তা মঙাযরে। ঙসি ওইবা মাই নক্লবা হয়েং। হোয়েদা, হয়েং থঙবা নত্তে।

ইনে মাধ লাকপা কুইরক্রে। লাযয়েংলবা নত্তে, মাম্না কমা য়ে লক্রি। মাইমা মাইমী অজা পুজা গুবে। মৈতৈ মাইবা ডাক্তর অসীমক য়েংঙি। লাই পুরেন্দ্রদস্থ মোংবান মাই ভিলথাক কাওবা চিথদ্রে হায়বহু য়োবে। ডাক্তরস্থ মণিপুবগী হৈর হৈরবা ডাক্তরশিংনা য়েংবগী হেন্দুনা ডিব্রুগড়গা কৈবা আসাম মেডিকেল কোলেজগী হোসপিটালদা চঙ্খুনা থা অমকমুকস্থ য়েংলুরে। লায়য়েংলুনা ফবা ওক্সকনা লায়না নত্তে হায়বা থঙঙি, অদুবু মচাঙ্গা ইবোহলগী চক্তনা ঙসি কাওবস্থ য়েংবা তোকত্রি। ইবোহলস্থ মমাগী লায়না অসি লায়য়েংলুনা ফবা ওম্বা লায়না নত্তে হায়বা থঙঙি। লায়না অসিনা

মারবদা শিবা হায়বসি শোয়দ্রে থৎলবস্থু মমানা মপুক্কিং থুংনবা চক্ত তৌ তৌঙ্গনা হোৎনবনি, সিগী নভ্রা মচানুপা পোকপা তান্নরিববু। ঐস্থু য়ুম থাদোক্লুনা মফমসিদা ইনে নাবা শঙবা অহিং লেক্লুনা লৈরকপা ঙসি কুম্নিমুক হায়রক্লে। ডিক্রুগড়দগী থোরকপা নৌরিঙৈ-দদি মশাঙ্থু ফনা কম্নবু উরুরে। পুক্লিং ইরুম লুমত্রবস্থু, মবক অমদি ফন্দ-ফরদবোই নীংলুববনি। চ্যেক তৌবা থা অহুম শুরগা অমুক চঙলকথো হায়বহু চঙ্ঙ্ৰবা নংদনা অনাবা অমুক হৌবক্লুনা অনাবসি ফনা শাথীনা হাইজিনথ্রে। অমুক চঙঙ্ৰ ঙমখিদ্রে। হৌজিক্তি য়ামফক তাথ্রে। ফমু দগী হৌগৎত্রে। তশেংনমক ইনে রাধে ফমুংদা হিপ্লহুনা লেপ্লা নাইদনা অশিববু ঙাইরি।

ঐনা ইনেখোযদা লেকপগী অহানবা হুমিৎতা ইনেনা ঐবু কৌশিনলগা হায়— "বুধ ইনেদি য়াম্না রারেদা। অন্নাবসি থাঙহুনা ইনে হিংলীংদ্রে। ইনে য়াম্না শিনীংলেদা। ইনেগী স্বরসে হেক হেক ফুনগৎপা অমা তৌই। মপুরোইবগী খোংজুম থকপসি শ্রীগোবিন্দগী চবনামৃত থকপগা মাম্নবিবনি, পাপ পুস্বা কোক্লিবনি। নঙগী মাঙ্গলগী খোঙজুমনি আদা লৈরিবা লিক্লিদা য়াওরিবদো। থরা হৈরকউ, মতু থক্লগা স্বর ফুনবসি কৈ। ইনে স্বব ফুনগৎলক্লে।"

ইনেনা থকচিনথ্রগা হায়রকই—"আ., ঈংঙে, স্বরসি থরা হেক কোমইদা ।"

স্বর চাউনা হোম্বরকই। অঙকপনি! মীওইবগী থাজবা। ইপুক্লিংদা ইনেবু কল্লকচে, ইনেবু ব্যাবহাব তৌজৈ।

মাঙ্গল কোইরেংগী হুপী অহলনি ইনে রাধে। মাঙ্গল হুপী

অনী লোপ্লি। ইনে রাধেনা চহী কুন্থ্রগা হায়রকপা অহুরাইদগী মাঙ্গলনা ইনে ভানুদা ভাওখিবদগী ইনে রাধেবু হুন্না তুনা য়েংখি-ন্রবনি। ইনেনা মচা অহুমগা মানা থোকপা পংলে মরৈরকপনি। মুপা পুন্নমক মুপী পান্নবা ভাক্তনি, অতুবু কনা কনাগুম্বনা মুপীবু কা হেনজিন্না পামশিনবা থেংনৈ। মাঙ্গলনা মুপীবু কা হেনজিন্না পাম-শিনবা থেংনৈ। মাঙ্গলনা ইনে ভানুবু পাম্বসিদি কবি হায়রুনি, অমুক্তা থেংনখিদ্রি। ইনে ভানুনা ইনে রাধেদগী য়াম্না হেন্না ফজ-খিবসু নত্তে। থম্মোয়গী মাইবৈবু বনানা চপচানা লেপ্পা ঙমগদগে?

মাঙ্গলনা ইনে রাধেবু য়াম্না শাথী শাথীনা ফুবি। মরম হায়বা লৈতে। রা অমা হায়রুবগীসু ফুই, কন্না চৎপগীসু ফুই। হৌনা নোকপগীসু ফুই। তাবদা থাজবিদবা য়াই, অতুবু থাজবা ঙম্ম-বোইদবা থৌদোক কয়া পুসিসিদা তশেং তশেংনা থোকলি। নোংমা, ঐনা ইনেহোয়দা চৎথোকলুবদা মাঙ্গলনা ফুবদা ইনে রাধেহু শাথীনা শোক্লনা শংব্রে মনা যুৎলগা পোপ্পি পোপ্পিবা হুক-চাংগী মফম মফমদা ছীগা য়ৈরম্মী। বাহৌদি করিসু অরুবা নত্তে, মাঙ্গলগা ইনে অতোপ্পী ভানুগা মাঙ্গোন্দা ফম্মীনতুনা করিনো চামিন্নরিঙৈদা ইনে রাধেনা খৌদেমলুরে হায়। তৌবগীদি, থৎনবা অয়াম্বা ইনে বাধেনা হৌবগুম তৌই। নোংমসু ইনে রাধেনা থোঞ্জবা খুদৈবাংবহু শেৎলগা ইনে ভানুগীদা লৈরিঙৈদা ইনে রাধেনা মানা থোনজবা খুদৈহু মাগীদা লৈবা মতমদা শেৎপিয়ু, হৌজিক শেৎপিগনু হোংদোকপিরকউ থুপ্পনা থমজিনগে হায়রুবগী ফুবদা

ঈ থোকমনখিহনা মাইবা মাইবী কৌহনা লাক্লখি। খুদৈহন্স শেগাক শেঁগাইখি। খুবদা মমায় মমিং ইপোম পোম্বা ইমু মুনা খাম্বদি য়াম্না তোয়প্রবজাংনি। লৈকায়নস্থ মাঙ্কলবু খুংশিনদে— হুপীবু থীনা ফুমনলি হায়হনা। থংনবগী মখোল অমবু তাম্নবদি মাঙ্কলহোয়গী ওইরম্মনি হায়না খল্লবনি। নোংমা কাংদে থংনবা। অহুবু মচাম্পা ইবোহল চাউরকপদগীদি ফুবদি খরা হনগ্রে।

ঐখোয়না অতোপ্পা তাইবং অমদা লৈরক্লিবসি ঙসি তরানিমুক হেনলকলে। মপালগী তাইবংপান অসি ককথংগ্রবগুম তৌগ্রে। মপান থোকপা হায়ববু থোংনাংখোঙদগী বিড়ি অহুক লৈরুবা, পোং অমা অহুক লৈরুবা, কৈথেল্দা অহুক ঙৈহাক চংলুবা অসি মঙায়বে। ইনে রাধেসি ঐনা য়াম্না খুংশিজবা ইনেনি। মানস্থ ঐবু য়াম্না লুনা তৌবিবনি। অহুনা অরা অনা কয়া খাঙহনা ইনেগী মপুক্লিং থুংনবা সেবা তৌবনি। ঐখোয় পুম্বসি ইনেগী অনাবগীদা থনবনা ঙসি করি হুমিংনো হায়বা ফাওবা নীংশিংনত্রে।

লৈকাইগী ঈশৈ শকপা মী কৌহনা ঈশৈ শকহনলি। নটকী ঈশৈ তাম্নপা ইনেনা মমিংতগী মপি শিষ্টে। হায়— "তাদা সিংহাক্তিগী ঈশৈদো অমুক্তো শকপিয়ু তাজগেবা।" ঈশৈ তৌবা তোমালনা নটকী শৈহেক্তা শকই—

"বিরাজিত আরতি শ্রীরাধা গোবিন্দ"

ইনেনা মপিনা মখজাই অনীমক্তু পূমচোং চোংলহনা হিপ্পা হিপ্পা মখুং অনীমক থাঙ্গংহনা মখা তারকই।

"ভগত বৎসল প্রণ্তি চরন৺া বৃন্দে ॥"

ইনে চন্দন ইপাক পান্না থিনলি। মোন মনাক্তা মন্দিলা অমস্থ থম্মি। মথবাক্তা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী ফোটো অমা লংনা ফাতুনা হুক- চাংগা থেংননা পুনশিল্লি। গোবিন্দগী ফোটোদো মথবাক্তা পুনশিল্লগম্ভ মথবাক্তী ৱাইচিনবা থন্না ফৈ হায়। অদুনা ফোটোসি পুনশিল্লিবনি।

ইনে রাধে বা অমত্তা ঙাংদনা তুমিন্না লৈ। মাবু শঙলিবা মীম্ভ ফনা য়াম্না লৈরি। অনাবা হংবা লাকপম্ভ অমা অনী য়াওবি। ইনেগী মচানুপা ইবোহলগা মচানুপী ইতৈমা কুপ্পে অনীনা ফম্মু, মথক্তা ইনেগী মনাক ননা ফমদুনা শেন্নরি। ঙসিদি মাম্মালনা ইনে রাধেবু লুনা চাম্না তৌবে— ইনেগী মনাক্তা ফমলি। ডিব্রুগড়দা পুরুবম্ভ মাম্মালগা ইবোহলগনা পুরুবনি। ইনে মমিৎ উইশিন্দে, তুমিন্নদি লৈ। তবংদা যেংদুনা লৈ। মমিৎ ওনথংপাদি নত্তে। মসিগী মমাঙ হেক থংনবা মিৎকুপ্তা হায়রম্মী—"নখোয় ঐঙোন্দা রা ঙাঙলকম্ম।" তুমিন লৈখি

ইবোহলনা মুংশা থীদুনা কৌই— "ইমা। ইমা।" খুম্নক্তে। মহৈ মহৈ পুক্কিংদা চিংনৈ।

মাম্মালনা তমুক কৌই— "বাধে! বাধে।" হন্দকম্ভ খুম্নক্তে।

ইবোহলনা নমকৌ নমকৌ কৌশিল্লি।

ইনে মমিৎ অদু লেংংকেই। তপা হায়বকই—"বৌখাবদকো। নখোয়না ঐবু বৌবসে ওম্বোক্লা কৌথরেদা। ঐ অকবা রা ঙাঙনরি হায়বসি খঙদমাল্লে।"

ইবোহলনা পাখৎতুনা হংঙি—"কনাগা ঙাঙনরিবনো ইমা?"

"গোবিন্দগী সিংহার কারী হন্নুবী অনী অহুম লাকইদনা। মখোয়গা য়ারী শান্নিবনি। মখোয়না ঐবু শ্রীহরিগী নাক্তা পুশিন-বিগে হায়রি।"

মাগী য়াহু তাবদা ঐখোয় লোইনা হায়ফেৎ ঙকনৈ। মাক্সশনা হায়— "মতুদি ফগ্রবা য়ানি— অতুদা বৈদোরবা ?"

ইনেনা— "ঐনা হরিগী নাক্তা পুশিনবিয়ু হায়বদা, হন্নুবীশিং-হুনা হরিদা অমুক্তা হংলকখিগে হায়রি। হোরেল পুং মরি তাবদা অমুক উনসি, মতুদা খঙনসি হায।"

ইনেসি মশাদি য়াম্না শোল্লে। জ্ঞান অমুক তাবক্তুনা মাম্নলদা হায়রকই— "ঐ হান্না চৎলম্নগে। আং শ্রীহরিগী নাক্ত শঙ অমা শাতুনা নঙগী নফমস্থ কনলমগে।"

মাম্নলন্থ মপি শিন্থে। অতাবা মী পুন্নমক কপবম্মী। খরা হেন্না ইতৈমা কুপ্পনা থম্মোয় শোক্না কপচৈ।

ইনেনা— "মপুবোইবগী য়াথং যাওব্রবদি শ্রীহবিগী নাক্তা চঙবা যাবোই হাযনে। অতুনা যাথং পীবিরো, ঐ হান্না চৎলম্নগে।"

ইনে বাধে অনাবা খাঙবসে য়াম্না য়ানা উবে। ঙসি মঙানি ক্তকন্নিগী মমাঙদদি যুমগী সনামহী কৌতুনা "ননাইবু শৌশিনবিবো, খাঙবা ঙমদ্রে" হাযনা ও খোংনা বপ্পমই। মাগী অনাবহু হৌবক-পদা যেংবা ঙমদে। শাবে শাবে হায়না থরো থবো ওনন্নি।

ইনেরাধেগী অনাবসি অঙাং খাউদা পোম্বনি। কেসরনি। মতু ডিব্রুগড়দা মৈ য়াইরুবগী মৈশা অতু অমুক অমুক হৌরকপদা শাথী শাথীনা ওং নৈবগা অম্মানি।

মাম্নলনা হায়— "ঐগী য়াথং পীরবনি। নঙ শ্রীহবিগী নাক্তা চঙজরো।"

মকোক্তা মথুংনা শং শং নাননি মাঙ্খল্লনা।

পুং মরি তারে।

পুংজা অহু লাক্লে। হাল্লনখিবা পুংজা অহু।

ঐখোয় পুম্বা নুংশা থী। অমগা অমগা য়েংনৈ। ঔহাক লৈরগা ইননা ঙসাইগুম মখিৎ অহু লেপ্তখিল্লে, চপ ময়ুংদুনা তরংদা লৈল্লে।

ঔহাক লৈরগা মোন মথাদগী মন্দিরদা মাল্লকই। মন্দিরদা থীংদুনা শক্লকই—

"জয় জয় রামকৃষ্ণ আরতি করে
গোপ গুয়াল সঙ্গে সতত বিহরে॥"

হিপ্না হিপ্না মথুং অনী থাজংদুনা জগোই শাল্লকই। ঈশৈ লোইরে রা ডাঙলক্কে।

ফনা কুইবে।

ইনে রাধে হাল্লগী ফিভমদগী হোৎদে।

নুংশা থীবমাল্লে ইবোংলনা নমকো নমকো কৌশিল্লকই—
"ইমা, ইমা, ইমা ।"

হন্না হন্না কৌরকই। ইনেনা শাউনা হায়রকই— "করি চাগেদনা ঐবু কৌরিবনো? নঙনা কত্তবসি কল্লো, নঙনা ঐবু যেৎপল্লে য়েৎপ্লেদা। নঙদা ঐগী ইনাক্তা লৈবিরবু চৎথোকপ্লো চৎলো।"

ইতৈমা কুপ্লেনা হংজি— "করি হায়নববগে ইমা?"

ইনেনা—"থাল অরতিগী ঈশৈ ফারবদি হরিনা য়াবিরে হায়, মথোয়গী মমাঙদা শকস্তু হায়দুনা ঐনা শকলে অহুদগী য়ারনি গোবিন্দগীদা চৎলসি হায়নবিঙো নৌপবা মীকত্তসিনা থোরাং

পুম্বা লোইনা কায়হনলেদনা। মানা হেক কৌরবপদা, নচানা বৌরে ঐখোয় চৎলগে হয়েং ওইনা পুবিবগে হায়না লোইনা চৎখ্রেদনা। মসিগী অওাংসি ভাম্বোকখ্রো। ঐগী নাক্তা লৈদা লৈহনবিয়ু। মশকসি য়েংনীংদ্রে।"

ইবোহল মতোমতনি ইনে রাধেনা পোকপা মচান্নুপা। মচান্নুপী অনীগী মবক্তা নুপা মতোমতা য়াওই হায়ৰুনা যান্না নুনা তৌজে। ওহানথেদি ইবোহল ওহাক উদবদা কদাইদা চৎখ্রে, চৎখিন্নু মনাক্তা লেওদনা লৈয়ু হায়না ওাইহাক লৈতনা হায়রম্বনি ইনে রাধেনা। শিরমদাই মতম অসিদা ইনেনা ওাইদগী রু জবসি ইবোহলগীনি, নুপী থিহৌদ্রি, মফম অমা খওহৌদ্রি। পোক্তবী মমানা য়োকহৌবা তারে। মসিমক্তা চাউরবা লাইমন অমা ওই-রবনি। মচে অনীদা ইবোহলগী মরমদা বা কয়া শিন্নজৈ ইবোহলবু য়েংল য়েংলগা মমিত্তগী থিংবা ওমদ্রবা মপি শিরৈ। পেল্লক্তহুনা ও খোংনা কপথোকই। অতুদগী হেন্দোক্লুনা মচীন থোরকই— "নুংশিদকো।"

ওসি নিনি ভমনিগী মমাওদা অবাকপা মবীমতা খুদিংদা কপা কপা শিন্নজৈ —"ঐগী ইবোহলসে মযুম মকৈ পানাহৌদ্রেবো। ইচাগী নুহোংবা উদবা তাবেদো। ত্রাওাও হৈতবনি মাদি। নখোয় ময়ান্না নুনা তৌবিযুকো। মানা ওাওবদা শাউনী৲বা লখা য়াওববস্নু ঐবু নুংশিবিহুনা মাবু শাউবিগনুকো। ঐনা নখোয় খ্বাই পূম্নাক্তা শিন্নজরিবসিনি।"

ইনে রাধেনা মঙী৲ থোন্না শাউরবপদুদা ইবোহলতু মমিৎতা ঈবা চেল্লহুনা তিওক মাইওক্লনা তৌফম খওদহুনা লৈ। রা ওাওফম খওলমদে।



★★★